# হাঙ্গৈজবা

লিলা লাইরিক অসি মীতৈগী অহল-লমন অমস্তুং মরূপ মপাং কয়ানা মীতৈতগী ওঙ্গবা লিলা থরা শায়ো হাঙ্গনা তাকপিহনা মরম ওঙ্গছুনা ইজাখিবনি।

হৌখিবা নিংথৌরেনগী বারিদা মতাং অসিদি বারি অনি থোক্না থেংনজবনা লিলা লাইরিক অসি —"খিয়াংত সিংকক নোংলোল—" কৌবা পুযাগী বারিদগী লৌতুনা ইজবনি।

মতাং অসিগী অতেপ্প বারি অমগী থোলোক্না ঐনা ইজবা — "পামহৈবা" — হাঙ্গবা লিলা লাইরিক অদুদা ইজতুনা এরিয়ান থিয়েটরনা কয়ারক হয়া উৎপিত্নুনা ফোংজখ্রে।

বারি অনি অসিগী অচুম অরানগী মরম থংজদা চুমগী লিলা অমা ওইনবনি হাঙ্গনা পংই ইজবতনি মসিদা অকাঙ্গবা অশোইবা য়াওরবা পুম্‌ক থুাই মীয়ামগী ভাকপিগৈবা থৌজালনা ভাকপিয়ু।

লিলা লাইরিক অসিবু ইজবদা বারি বাথোং কয়া মতেং পাংবিখিবা পুম্মক অমস্তুং এরিয়ান থিয়েটরগী আর্টিশশিংনা লিলা ওইনবা হোৎনবীহুনা কয়ারক হয়া উৎপখিবা অমদি — মণিপুর গোভর্ণমেণ্ট ইডুকেশন ডিরেক্টরগী মতেংতনা অমা লাইরিক অমনি হাঙ্গনা ফোংহনবীবা—পুম্মকী লমন ভেংঙবগা লোয়নগা থাগৎচরি।

এম, বীরমঙ্গল

# লিলাদা চংবা মীশকশিং

### অমসুং

## শক্তমখিবা এরিয়ান থিয়েটরগী আর্টিশশিং

**নিপা—**

| | | | |
|---|---|---|---|
| ১। খাই কেক্রু | ... মাইচৌ | ... | শ্রীকহ্নাই সিংহ |
| ২। থোংনাংখাবা | ... ,, | ... | শ্রীনালা শর্ম্মা। |
| ৩। চরাইরোংবা | ... মৈতিঙু নিংথৌরেন | .. | শ্রীকামিনী কুমার সিংহ। M. A. L. L. B. |
| ৪। হাওবম সেলুবা .. | মৈতৈ অঙম্বা | ... | R. K. শ্রীনবসিংহ। |
| ৫। অনংকিহাইরোই .. | নিংথৌসেনবা | ... | শ্রীমধুসূদন সিংহ অমসুং শ্রীপ্রফুল্লো সিংহ। |
| ৬। বিষ্ণুগোস্বামি | ... শ্রীহট্টগী ব্রাহ্মণ লমপোইবা | ... | Prof. শ্রীশ্যামকৃষ্ণ শর্ম্মা। |
| ৭। উদ্ধব শর্ম্মা | ... মৈতৈ ব্রাহ্মণ | ... | শ্রীঅঙৌবা শর্ম্মা। |
| ৮। অবাং চাওবা | ... যু থোনবা | ... | শ্রীইবোতোম্বী সিংহ। |
| ৯। খুল্লাকপা | ... চীং নিংথৌ | ... | শ্রীমহেন্দ্র সিংহ। |

১০। শংলিংবশিং অমসুং অঙম্বনচিংবা নিংথৌগী থৌগললোইশিং —

... শ্রীমোহনসিং, শ্রীবোতোমসিংহ, শ্রীশ্যামচরনসিং, শ্রীকামিনীসিং, শ্রীপ্রফুল্লসিংহনাচিংবা এরিয়ানগী আর্টিশশিং।

**নুপী—**

১। তুংখিল চাঙবী ... কংলৈ মৈতৈ লৈবা ... শ্রীমতি তম্ফামনী দেবী।

| | |
|---|---|
| ষ্টেজ | শ্রীচেত্তানন্দ শর্ম্মা। |
| লাইট | শ্রীইবোহল শর্ম্মা। |
| কিশোন | শ্রীইবোমচা সিংহ। |
| ঈশৈ | শ্রীবুধচন্দ্র সিংহ। |
| ঈশৈগী ডিরেক্টর · | Prof. শ্রীশ্যামকৃষ্ণ শর্ম্মা |

ডিরেক্টর

এম, বীরমঙ্গল

# রাহৌদোক

খৃষ্টাব্দ ১৬১৬ গী লমদা থাগী ১০ নি পানবা ঈরাঙ্গ হুমিত্তা মৈতিঙু তুবী চরাইরোংবা নিংথৌরেননা চহি ২৫ শুরদগী ম্না যথাল তোংহুনা পোজৈরে মৈতৈ ম্না লৈবাক্তা নিংথৌ ওঙ্গৈহুনা পাম্লিটৈ মতমদা—

নোংচুপ লম শ্রীহট্ট লৈবাক্কী বিষ্ণুগোস্বামি কৌবা লমপোইবা অমা থোরক্লুনা নিংথৌগী ম্না ময়ৈকোনহুংদা লাকপদা, নিংথৌগী ডাইহু থোংডাক থোং-শকহনবা থোইরাকপম অনংকিহাইরোইনা কদাইদগী লাকপনো ? করিগীনো ?" হাঙ্গৈনা হাংবদা মৈতৈলোন থোক্লমহুনা –

"ঐ শ্রীহট্ট লৈবাক্কীনি, ঐ মৈতৈ নিংথৌ অমুক্তা থুক্কমজগে, নিংথৌগী মনাই নহাক্না অমুক্কং নিংথৌদা হজৎপিয়ু"—হায়রবদা অনং কিহাইরোইনা নিংথৌগী সনা থুম্মাদা হজৎপিহুনা মৈতিঙু নিংথৌরেম্না—

"কংলা উএাদ লৈহমমও ঐ লাকে"—হাঙ্গৈনা সনা ম্নাবং তাকপিরক্লুনা অনং কিহাইরোইনা লমপোইববু উএাদ ডাঙ্গৈহন্দুনা –

"ফিংজতপ্না তপ্না হাংদোক্লুনা"

## ১বা মতাং

## ১বা উৎপা

## "কংলা উত্রা"

কিরাংজ কিদানা থাক মথক্তা থাক নাইনা থাবিবা থক্তা কিঙ্গৌনা য়াইদা দয় থারি। ময়াইদা নিংথৌগী কমকম য়েং ওঙ্গদা থাংডা পাইবশিংনা লৌগদগীমক ভঙ্গৈরি।

বিষ্ণু গাস্বামিগা অনংকিহাঙ্গৈরাইগ মথুক্তা ড পাইদুনা লেপতুনা নিংথৌব ভাঙ্গৈর।

ভুগী চরাঙ্গরোংবন হাওবম লেলুংবনচিংবা নিংথৌ সেনবশিংনা পেংশায়ৈ কাংহাইনচিংবা থৌগল তৌনা লেংথোরক্লে।

ভাক সেনবশিংন থাং তানা থৌগল ওক্লে। অনংকিহাঙ্গৈরোইন থুকউ কৈভানা মকোক কৈদ শোকা থুরম্মগ হায়ত্তুম্না লেপ্লি।

বিষ্ণু:গাস্বামি—রাম রাম মহারাজ মঙ্গল।

শ্রীরামচন্দ্রনা মহারাজবু দয়া তৌবিসনু

(মথুৎ লোয়া) প্রনাম, মহারাজ প্রনাম!

নিংথৌ—ভাইদু থোংভাক থোংশংহনব! লম পাইবা হাইবদু অসিবা?

অনং—মৈভিঙু নিংথৌরেল অথোইবও! ননাই অসিনি ইনিংথৌ।

(নিংথৌ ফমকমদা ফয়ই নিংথৌসেনবশিং মাগী মাগী মফমদা লৈদুন থৌগল তৌই)

নিংথৌ—উম্—হে লমপোই! লাইবু নিংবা! নহাকপু করম্বা লৈবাক্তগী লাকপনো?

বিষ্ণু—(মথুৎ লোয়া) হে মণিপুরেশ্বর রাজন! ঐহি সিলেট দেশতগী লাকপনে।

নিংথৌ—( শঙ্কা ) মিংনা করি কৌবগে?

বিষ্ণু—ঐগী নাম—ঐগী মিংদি বিষ্ণুগাবামি কৌয়ে। ঐদি লাই নিংচুনা লৈব ব্রাহ্মণনে।

নিংথৌ—মৈতৈ ঐথোবগী ইমা লোন্ য়াম্না শেংনা থোকপদি ঐগী পোক্টৈরে মৈতৈ লৈবাকসিদা লৈবা কয়া কুইরে?

বিষ্ণু—মহারাজ! ঐদি লাকপা কুইদে মহারাজগী দেশতা খুংনবগা রাজবাড়িদা মহারাজবু প্রনাম তৌবা লাক্লে। হায়দগী মহারাজগী দেশগী মৈতৈগা ঐথোঙ্গা য়াম্না মরি ওইরে। অদুনা থংবা—

নিংথৌ—কমদৌন কমদৌন? করম্না মরি থোক্না?

বিষ্ণু—মহারাজ! ক্যাম্ব মহারাজগী মতমদগী হৌনা মরি মতা লৈনবা হৌরে। মহারাজ লম্লাংদোংদা থোংবা ওবোক তুরেনগী মথং, শাবোক্তি মনিংদা ক্যাম্ব রাজাগী রাজবাড় লৈরম্ব মকম্ব পোংরাজ খিৎকথেংদনা ক্যাম্ব রাজাদ পিরম্ব বিষ্ণুচক্রবু মন্দির শাদুনা লাৎপগী ফুরা অমনবা অমা লৈবা মহারাজ থংলে!

নিংথৌ—করি থংদনি—

বিষ্ণু—মকম অদু বিষ্ণু লাৎপা মুমিত্তগী বিষ্ণুগী মকমনি হাঙ্গবগী লম্লাংদোংগী অতোপ্পা মমং বিষ্ণুপুর কৌরে। মৈতৈনদ বিষ্ণু সেবা য়াবনা বিদেশকী ব্রাহ্মণনা সেবা তৌবা। বিদেশতগী লাকপা ব্রাহ্মণশিংনা মহারাজগী দেশকী মৈতৈ কুপীশং বিবাহ তৌরে। মপোঙ্গী বংশনা মহারাজগী মতম অসি কাওবদা য়ুম্নাক কয়া থোন্দুনা লৈরে। মা ঠাকুরানীশিংগী মরিদগী মহারাজগী দেশ অসিগী মৈতৈশিংগা ঐথোঙ্গা য়াম্না মরি থোকপা।

নিংথৌ—উম্—করি মরমগী লাকপনো? ঐগী লৈবাক অসিদা লৈগে হাইবয়া?

বিষ্ণু—ঐনা লাকপা মহারাজ ! ঐনা মহারাজগী মফমদা ঐগী ইবুংঙো প্রভু শ্রীরামচন্দ্রগী মণ্ডিক্‌ মণ্ডপ অচৌবা তাক্কে, রামানন্দি ধর্মবু পুম্নমক্কী অখোঙ্গবা, লুববা ধর্মনে, মহারাজগী চাওখৎনবা, সংসার আস লাম্নবা, খোরম অখোঙ্গবনে তাকপা লাকপনে। মহারাজ প্রভু শ্রীরামগী নাম্‌ তাদে ?

নিংথৌ—তাদে, নহাক্না ঙস হাঙ্গারবা লাইরম্‌ লুপ্তিনগী বারম অসিদি ঙসি তারিবা অ'স মঙঙ্গই।

বিষ্ণু—মহারাজ ! কার লাই নিংলে, করি দেবতাগী নাম শোয়ে ?

নিংথৌ—ঐখোঙ্গী পেঙইরৈ মৈতৈ সনা লৈবাক অ'সাদ থক্ত হোৎপা ইপা হপ্পাশিংনা হবুথো 'সনা'' লাইনংথোবু নিংনরমই। অশেঙ্গা লাইনিংবে হাঙ্গুন হোক্কিক ফাওবা নিংনশোরবি।

বিষ্ণু—রাম রাম ! তাদে কনানসু থংদে। ঐনা মহারাজদা হাঙ্গরে— হোৎথিবা রাজাশিংনা বিষ্ণু উপাসক ওইরম, ব্রাহ্মণ এখোইনা বিষ্ণু পুজা তৌবা, মৈতৈশিংনা বিষ্ণু নিংলবা ঐনা হাঙ্গবে। লাল কাইবদা বিদেশকী ব্রাহ্মণশিংনা মাগী মাগী দেশতা চেনখ্রেদা মৈতৈ পাণ্ডিত শাব বেদ খুদবাশিংনা হাঙ্গগী লিরব, অসত্তা অপংবাশিংগী, রাম তোনখ্রবা লৈবা তাব ধর্মদা হজ্জনহনবা, মহারাজ ! পৃথিবীগী উচ্চ হিন্দুগী সভ্যতা হোংদোকপা জাতিগী মহুংদ মহাবংশবু তিলহনবা পাদ্রে। বিষ্ণু অবতার শ্রীরামগী নম শোঙ্গজুনা অখোঙ্গবা রমানন্দ ধর্ম চৎলগা বেদ, পুরাণ, রামায়ণ, মহাভারতশিংবা হিন্দু শাস্ত্রশিং সন্দোক্লা তাক্কে ঐ লাকপা। হে রাজন! অকব থবক, অখোঙ্গবা ধর্ম হাঙ্গব অসিদি মীওইবা ঐখোঙ্গনা লোগদবনে। মরম আসনা অখোঙ্গবা ধর্ম রামানন্দি ধর্ম অসিবু লৌবয়্‌ মহারাজ।

নিংথৌ—চুমই লাইনিংব ! অকববু পামদবা, অহাওববু চানিংদবা, কজববু শেংনিংদবা মী লৈবা হোনদে। অদুবু নহাকী নবুংঙো "রাম" হাঙ্গবা

অতগী মতিক ময়াই থংদনা কয়া মহাকপু ঐনা হেক্তা নিংলগে হোইয়ানি ?

বিক্ক—চুমই, মহারাজনা তাকপবা চুমই। অসিগীদু তাকচগে অসিগীদু মথক্তা মহারাজ দেশ অসিগী রাজাশিংদি অর্জুনগী মচা বভ্রুবাহনগী ধারা পাণ্ডবংশনি। মহারাজগী দেশ অসিসু মহাভারতকী মনিপুরনি। দেশ অসিদু মনিপুর কৌগদবনি হে রাজন!

নিংথৌ—উম্—ঐথোঙ্গবো ?

বিক্ক—চিংনবীগদু মহারাজ! ঐনা পুরমক তাকচগনি। হিন্দু সভ্যতাগী মচা মতনা সভ্যতাগী মতাপ কংদনা, চীংনা কোজশনবা চীংঙুদা তুম্মিন্না লৈবা মতম নত্রে। আর্য্যশংগী সভ্যতানচিংবা সংস্কৃতিগী কজবা মচাক পূরমক লৌশিন্দুনা অথোইবা হিন্দুগী রাযান্দি ধর্ম চৎলগা, অরিবা মৈতৈ অসভ্যগী মুক্ষম অস থুগাইদুনা মহারাজগী দেশ অসি হিন্দু রাজ্য শেম্লস। ঐনা, ঐগী ইবুংঙো প্রভু শ্রীরামচন্দ্রগী মগুণ শন্দুৎনা বর্ণন তৌজবা তাবিয়ু মহারাজ!

ঈশৈ:—

অমৃতনা থল্লবা র মায়ণ
জীবশিংবু লানথীনবা বাল্মীকিনা লেংবিখি !!

অযোধ্যাগী মপু দশরথকী ঔরসনা
কৌশল্যা কৈকয়ী সুমিত্রাগী গর্ভদা
রাম ভরত লক্ষন শত্রুঘ্ন
মূর্ত্তি মরি অবতার তৌবিখি !!

অতাং ওইরবৈ প্রভু রামনা
মুনি ঋষিগী অবাবা কৌরনবা

মমা মপানা খাঘা য়াদা
তাৱকা হিংচাবী হাত্তুনা লানবীথি !!

জনক নন্দিনী জানকী সিতা
বিবাহ তৌনা লৌরবা ভূংদা
মপানা মচাদা লৈবাক পিবদা
কৈকয়ী খম্মোই নৈগুম চাকখি !!

অপোকপা মপাগী বাশক তাক্লা
মনাও লক্ষন সীতা লোইনবা
নোক্লা শ্রীরাম লেংই বন্দা
দশরথ বাবনা খবাই থাখ !!

পঞ্চবতি বন্দা কক্রবা রাবন্না
সতীবু হুত্থুনা পুবীরে লঙ্কাদা
সুগ্রিব মরুপকা খোঙ্গুল লিনবা
ময়াখ বলি রাজাবু লালবিথ !!

সমুদ্র খিংহুনা লঙ্কাগী লালকমদা
লালবীরে রাবনাচংবা হিংচাবা ভুম্না
জানকীবু মৈদা পরীক্ষা তৌহুনা
জগৎ মাতাগী মগুণ কোংদোকখ !!

অযোধ্যাদ লেংঙক্তুনা লৈবাক চাক্লবদা
প্রজাগী চিংনবা কোক্তুনা পেমনবা
সতীবু ভন্না বন্দা খারবদা
রাজকুমার অনি পোকখি !!

বাল্মীকিনা লব-কুশ সিত্তগা
পুরক্তুনা কৎলরে শ্রীরামগী চরন্দা

ভারে হয়া অগ্নি পরিক্ষা
পৃথী মতানা মচাবু লৌশিনখি।

দয়াময় পতিত পাবন রাম্
রঘুপতি রাঘব রাজা রাম
অচৎ চক্ত পূম্নমক্কী মপু
বিষ্ণুগী অংশদা হয়া তিনখি !!

অস্নুম মহারাজ! ঐগী ইবুংঙো! জগৎকীগু মবুংঙো প্রভু শ্রীরামচন্দ্রনা দশবতার তরাগী মফুংদা শ্রীরাম ওইনা অবতার তৌবিহনা—
"বিতরসি দিক্ষুরনে দিক্পতিকমনীয়ং
দশমুখমৌলিবলিং রমনীয়ং !!"

মহারাজ! মনাইশিংতবু পেলহনগে হাউবগীদমক্ত মাহকৈ ভাকপা দেবতাশিংগী অপাম্ব, ফুংঙাইনবগীদমক, মী, লাই, হিংচাবসিং কিনরবা মকোক তরা পানবা রাবণবু লালকমদা মকোক ককপবা। অসিদা নত্তনা মহারাজ! স্না লঙ্কা মৈ হোৎলা চাকহনগা উৎ ওইনা মাংহনবা তবা ঐগী ইবুংঙোনে। জগৎ অসে মাংহনগে 'ন'বদা লাইনা মৈ হোৎহনবা উবা শ্রীরামচন্দ্রনে মহারাজ! 'চিংনবীগনে', চিংনবা নৈত্ত বামান্দি খর্ত আস লৌবীয়ো।

নিংথৌ—মৈ হোৎহনবা তব? অ-দু-দি—

বিষ্ণু—মহারাজ চুম্না হোৎবা নত্তে। হিরা মণ মুক্তাদনা শারবা স্না লঙ্কাবু উৎ ওইহনবা তবা প্রভুনে—

নিংথৌ—ভাইথো—অদুদি করে বিষ্ণুগোষামি! ওসিদগী হৌন স্তবা হুমিত্তা মকম অসিদা ঐগী লৈবাক্কী অতম অথৌ তনা, মীরাম পূম্নমক লোইনা তিলহনগা, মতম অহুদা মৈতৈ ঐথোইগী লৈবাক আসগী অথং অহে লাহবু নিংবা, কাধি মাংচৌশিংগা মরম পূম্নমক ভাংনরো। হাইবা

ভাকুম চৎনরে— মীয়াম মমাংদা লাইরম লুত্তিন অনি অসিমু চাং য়েংনরাসে। অকবা অহেনবা লাইগী থৃৎতম থৎননবা মৈ হৌবা তায়রো। লৈব'ক মীয়ামা থাজদুনা পায়রবদি লৈবাক অসিগী নিংথৌ ঐনা "রাম" গী মিংথৈ অসি শোলহনবা ময়িংচনবা ঙমগনি। তারগে হাঙবরা, করি হাঙবগে?

বিষ্ণু— য়ায়া কৈ মহারাজ! ঐন্দু মতু পাম্মি। 'মত্তাংবনা মথৎনা মপি পাঙ-রগা মশক থংদবতম পণ্ডিতশিংনা থংদনা লৈব, মিত্তাংবদা মাংজবা নত্তা লৈবাক নিংথৌগী অমাংবা য়ায়া ওঙৈয়ে, মতুংদমু ওঙরগনি। ঐনা পণ্ডিতশিংবু তাকপিদুনা প্রজাশিংগী মমাংদা ঐগী ইবুংঙো শ্রীরামগী নাম শোনবদা মৈ শোঙদনা হৌহনগনি মহারাজ।

নিংথৌ— করে, অতুংদ ঙসি হুমনি শুবদা য়েংনরসি। গোষাইমু হনথন্নু, পোত্থাদুনা লৈকরো। ঙঙৈদু থোংশংবা। লম-পাঙববু অহল্লুপ শংলেন্দা পোত্থাদুনা লৈহল্লু চৎলো।

অনং— থুকু। ) সন য়াবং লুক থোংনা পুন্দ্রি। গে বাই সোমদা লাকাপরো।

(চৎলে)

বিষ্ণু— জয় শ্রীরামজীগী জয়! জয় মনিপুরেশ্বর মহারাজগী জয়! প্রনাম মহারাজ প্রনাম!!

(মখং লোয়া থুরমদুনা অনংগী ভুং ইন্না চৎথে)

নিংথৌ— (নোক্লা) ঙং শকপদি ঙশিং লিত্তে ঐথেঙ পুম্বা পুংতম হেক তমহৎলি সেলুংবা।

সেলুংবা— (থুকুম্না থুকউ লৈতানা তাঙদুনা) সনা য়ুবং তাকপসি ইনিংথৌ।

নিংথৌ— নিংথৌ ঐনা হাঙলোকতুরবনিনা চংচিংকী বাকম অসি নংননবা ইপু লৌরেম অপে ইমচা পোইরৈ কাথি বাঙম হাঙতম তানবা থোংনাংথাবা উনদুনা মাংজোননা তায়হৌনবা ইপুগী য়াইক য়ুমলেন্দা চৎহৌসি।

সেলুংবা—সনা থোংলেংবিগ্রবস্থ ননাইনা সেঙ্গিদনবা শিঙ্গগে, মাইচৌ মাইক ময়েলেম্ম ননাইশিং লোইশং মচা থাদুনা হৌজিকমক সনা থৌগল কংলনবা সনা মাথং কিপাও শানা মাজরি।

নিংথৌ—অদুদা করিগুম্বা ইপুনা লাকপিবা ওমদবা থোক্লবদি চকং-চন্বা খুয়োননা থোকওইদ্রা ?

সেলুংবা—সনা মাথং কংজবদি ননাইনা সোইদনবা থৌরাংজনি ইনিংথৌ!

নিংথৌ—অদুদি করে, লোইশং মচা থাদুনা হৌজিকমক ইপুবু কৌহল্লো সেলুংবা!

সেলুংবা—( খুররা ) সনা মাথং কিপাও শানা মাজ, লুদ থোংনা পুজরে। ননাই সনা থৌগল ওহাক থাদোকচগে।

( খুরম্নগা চৎলি, নিংথৌম্ন হৌগৎতুনা চৎনব তৌই )

নিংথৌ—( লুংখিল চাইবী চংখিবা উদুনা ) সেলুংবা! মোই কোনথুং পাংনা চংখিবী থুপী অসিবু—

সেলুংবা—( চঙ্গরা খুকউ লৈতানা খুং লোম্না ) ইনিংথৌ! মনাও ইবেম্মা কংলৈ মৈতৈ লৈম—

নিংথৌ—উম্ ( শাউনা ) মৈতৈ লৈমমোন, বাডম লৈকোইপুং পোঙ্গৈরে সনা লৈবাক্কী মবেম্ম মাইক তান্দোবী, মৈতিংগু ঐগী মোমিল্লা থৌগল করা য়ংওদা—লমথোক্লা মালং লুংশিং লাংবদা লুংঙাই মনিং তম, লৈকাই কেংঙনা মীয়ুমদা কপ্ত তোয়মরে। মাপী মবুক্লা থোঙ্গদাবদা হাঙ্গন শিংব হৈজ অওই ক ওনা, মোমক্ত লুজা ওঙ্গবীনা মডম শোঙ্গবা মিৎয়েংনবদি চৎলু সেলুংবা! মপাম য়েদাথরো হাঙ্গক।

সেলুংবা—( খুরুম্না ) ইনিংথৌ। ( চৎখ্রে )

অনং—( থোরক্লা ) খুরমদুনা ) মৈকিংচু নিংথৌরেল অথোইবও! ননাই কৈশংবনা সনা য়ইকোনথুংদগী সনাগা মদ মপী মচাগা হুরমদুনা

ননাইশিংনা কাহ্নুনা, পুন্দুনা থমজরি ইনিংথৌ, ননাই শংলাকপনা সনা যাথং ঙাইজরি।

নিংথৌ—(শাওনা) হুয়ানবা ঐগী য়োকইকোনঙ্গুংদগী হুম—"হয়'নবা নিপা অতুগী মপানা চিংঙ্গুংহুত্ত ইথহুনা হাৎলো। হুয়ানবা মশা অহুনা মনাভোন ককথৎলগা থাদোকখো" হায়না শংলাকপদা হায়ক চৎলু। মতুং আসদা থাইচৌ খো'নাং থাবা নত্তনা কনা অমত্তা চংহনকনু।

অনং—(থুকয়া) সনা যাথং লেংকদবা লুদা খোংনা পুজরি। (চৎথে)

(নিংথৌ শাওন মুকম খোয়' হঙ্গৎ হন্দা চত্তুনা লৈরিঙৈ— ঙংথিল চাঙবী মকোক থুয়া পিরেল থকওমদন' চংলকতুনা থুকম লৈত্তান'—)

চাঙবী—লাইরেন কোয়ৌ ইনিংথৌ, লিক্লাই তাইবং শোয়ায়েন হে লাইনিংথৌ ইবুংঙো। থংলেন ইপুয়োইবযু খোয়ুম লাইওঙ্গনদা য়োথিঙবী মনাই-ঙুবীনা মালেম লৈদা ভুনা সনা থুয়া থাদা বাকৎচবা তাবিও। মিৎয়েং কায়মনা, পুক্লিং সেপনা চৎচদবী নন ইহুবীবু, ইপাব যুমদা কুম, ইহু যুমদাহনবীহু। অপংবী হুজা ওঙবীনা ভুবী সনা থুয়া থাদা লংজ অয়োন লৈজবা খিবিক, বাথল থেনবী যোমঙ্গুনি ঙাকপিহৈবা খোজায়া ঙাকপীয়ু ইনিংথৌ! কোয়ৌ নেংজা থৃদিংগী খোগল হহৌথাবু লৈজদা লৈয়াং অতিংঙাদা চকচা' অয়েঙবু ওঙনা করম নোংথন'শবনো লাইনিংথৌ?

নিংথৌ—হুঁম— চিনবানখোংদা লাংবন খোইাহ তৈত্ত, মপাকখোংদা কজ কিখেং লৈজেংমা লৈবাক্তী মবেম্মা ওঙ্গ— নতুংদা লৈব ক্লা তিনশিংনবদি নিংথৌ ইথক্তা তারে.দা—

নিংথৌ ঐগী লোঙ্গনবী
লৈবাক্লা কিদম্নদোবী
হাঁ—হাঁ—পায়মা লৌথুপ কোইথান্ন
হৈয়াং লমলানচা

তাওজিং লম্মুক্লা মিংয়েং কায়স্লরবী।
ঈথোং থোক্লা চৈ থা,
অথাথোক্লা বা হায়,
সমু খোংগাওনন তানদ্রিবৈ
নশানা থংনা হনখ্রো
নশক অহু য়েংনিংদে চৎখ্রো চৎলু।

চাঙ্গবী—হুমিৎ য়াইরংচানগুম ইনিংথৌ সনা য়াথংদা মালেম লৈদা তাকদে কোয়ৌ থকুম্নু কাকদে, লেংকন্দ্রবা সনা য়াথংগী পুতমদ্রবা ইরানবু পাকল শোল্লবীনা তাংজ লুদ থোংনা বাইথুংকম থংন্নবী পোনবীগুম তান্নবা লময়াঙ্গদা মাইকৈ থংদা মংলানগুম লেঞ্জরকরগে।

(লৈপক্লবা থুরল্লগা হিক্লা কপতুনা তপনা চৎথে।)

নিংথৌ—কমদৌরে সেলুংবা! চংলকউ!

সেলুংবা—(চংলক্লা থুংনমগা) যৌতভু লাইনিংথৌ ‘নংথোয়েল অথোইবও! নদাইরেম মংইচৌ থোংনাংথাবা সনা থোপল ফংলনবা থৌরাংজরে। মরক অসিদা তোল্লবা ননাইনা চরৈ ওক্লা য়েৎ, থুবাং চাংজৌ চেপনা লোঞ্জ ইতিক ইপা চাদ তুবী সনা থুম্না থাদা অকিবগা লোঙ্গননা বাগৈ থরদং তেংথাজরিয়ে— তাকপিহৈবা ইনিংথৌও!
লৈবাক্তী মবেম্মা মিৎম্না থম্বালদা পিরেল থকতমদনা, মপাম যুমদ হুম মহু য়ুমদাহনবীবা, সনা পুক্লং চিংনবীহুনা ইবেম্মবু হুম্লানবীগনো। বারম হঙ্গৎচগে সনা পুক্লিং লৈতাবীয়ু—মনাও ইবেম্মনা সনা সজাঙ্গৈ য়োইকোনম্নুংদা লৈবাক্তী অথং অহৈ কৌন, সনা ঈগী হৈরাং মক হুন
তাওজিং মক পলনবা ঈরাৎ থৌনিবদ মনাও ইবেম্মা য়োইবু মশানৌ অচোম ইবেম্মা লৈমথুবীগা, ইবেম্মা থুমন চহুদা ইবেম্মা অনিগী মীনোক

চংবা ইকাঙ্গবদগী লমথোক্লা—লৈবাক্তী অমাইবা অমাইবীগী য়ুমদা মনাও
ইবেম্মনা তোন্নন কখনে ইনিংথৌ !
য়াইক মহৈ ভানবী
ভাঙ্গব মীয়মচং কপ্লি লোইত্রবী ইবেম্মবু থৌজানবীয় ইনিংথৌ!

নিংথৌ—( খাথল তৌনা ) উম— অ-হ্‌-বু সেলুংবা ! পিংতোকপ্লুবা ঙম
হঙ্কনাবি-ঙাঙ্গ ওইব্রে।

খারম পুন্নমক য়েংনা ত্রে বা হাঙ্গপে—

"ভাংজ পিলগ্ন শিহনবা
লাংলেন কোংয়াং খাচৈঙ্গবু তেকহল্লব"—

নিংথৌ ঐপা কেনা তৌনজুনা মহাক অসি মঙম থরুনং ইথোক্‌না
থমই থোক্লব, মপাম মক্তি য়ুমদাহন্দ পাওনম হিল্লেনগী মমাংদ লৈবা
ইদাংবেম কৈদ হিদংগী য়ুমদা মুংখিদ চাঙ্গনী অসে নিংথৌ ঐনা
পাওবা কত্রিবা মথৈ থম্মু। চংলু সেলুংবা !
নিংথৌ ঐনা হাঙ্গন্নকই হাঙ্গজুন কৈদা হিদংদা হাঙ্গজুনা মাগী য়ুমদা
লৈহন্নু চংলো।

সেলুংবা—( থুবম্ন ) ইনিংথৌ সনা য়াথং লেংদবা ননাইনা ফিপাও পান য়াজ
পুজ রে। ( থুরম্মপা চংথে )

নিংথৌ—ইপু নত্র ? চংবরকই ইপু !

( থোংনাংথংবনা থৌদেম্মা—অহংহন কম "খাই কেক্রগা" লোঙ্গনদা চংলক্‌না
থুরম—)

থোংনাং—হে মৈতিঙ্গু লাইনিংথৌ ! পোঙ্গরৈ মৈতৈ লমদময়ায় কোঙ্গল্লেল
লৈকোঙ্গ পুংগী সনা কখাঙ্গাংদ পানকরিব নিংথৌরেনও ! ননাইবু কৌবিবদি
সনা য়াথং করি ভাকপিগদবা ?

নিংথৌ—ইপু ! নিংথৌ ঐনা ইপুগী থোংব য়ুমলেন মক ঈকমদা লাকচদুনা থারম পুন্নমক তানজগদবদ, থোদোক 'সে খুম্মোননা থোকপন ঈপুবু উনজ-নিংবনা নত্তনা কৌজখনে।

থোংনাং—কয়ামুক লুব করি থোদোকনিন নিংথেম ?

নিংথৌ—তাবিয়ো ইপু। সিলেট লেবাকগীনি হাঙ্গদুনা বিক্নুপোথামি কৌবা লমপোই লাইনিংবা মীয়ান অমা ঐথোঙ্গগী লৈবাক অসিদা থুংলদুনা ভসি হুমিত্তা নিংথৌ ত্রেগী ইকমদা লাক্‌নুনা মাগী— "রাম" হাঙ্গবসি লাইগী মিংথৈরেন অথোঙ্গখনে, 'রামা'ন্থ থর্ম" কৌব 'াস চংলু"— হাঙ্গরবদা— নত্তনা— "হুরে অজু'ন থৈতৈ ঐথোঙ্গগী 'শদব মিংলেন ইবুথৌ "সনা" গা মীয়ানগী লাই "রাম" গা মিংথৈরেন অনি অসি কনানা চাওবা, কনানা পিকপা, মতিক ময়াই য়েংনরসে, মিংথৈ অনিসি শেংনবদা থৈ হৌব' তাম্মো" হাঙ্গনা নত্তনা হাঙ্গদোকউরে। হংচিং অসি ইপুগা চাং য়েংনবিয়ু হাঙ্গনা নত্তনা কৌজখনে।

থোংনা—শিদব, শিদব ! মত্তমগী থোংলৈ কনানা খিংতদনি। হে লাইরেন থৈত্তিংজু, নোংপোক শেন্নু নিংথৌ, বাত্তম লৈকোই কখত ! ভুবি সনা হাকতক্তা নোংচুপ থোং হাংব হৌরে অমত্ত নত্তে অনিনি, ভাপ্রেম চিংজেন্দ কাওরক্লেদো—কাওরক্লনি।

ইত্ত ইবুংঙো নিংথেম ! সনা য়াথং তাকপিবা ননাই নপুদি অহলগী মত্তমন ওঙ্গংনে, পুক্লিং লৌশিংম শোইরোমলকপনে নপুগা থেংনবদা কয়া থুদোং চারোই নিংথেম !

নিংথৌ—হাঙ্গবীগনু ইপু ! নত্তবু বাম্মোবীবরা ? মানা হেনখিবা থোক্লবদি, নিংথৌ ঐবু উশিত্তবদা নত্তা থৈতৈ সনা লৈবাকপু য়ায়া ভোম্না থনখিবা তারে। ইপু লৈরি হাঙ্গবগীদমক নত্তনা চাওথোক্না হাঙ্গদোকউবনি। লমপোইবা অসিবু ইপুনা মাইখিবা পিবিয়ো।

খোংনাং—উঁম—নিংথেম উনবি পুক্লিং শেং, মীরৈবাকচাবু ওমগে বাথরববদি ননাই নপুনা নত্রবমু নদাইরেম থ্বাই কেক্রুগা তান্নহন্নবা সনা বাখং ননাইদা তাকপিরবা কপনি। নদাইরেমদি মতমগী মচিন ভুমথংলকপনে।

নিংথৌ—অছুবু ইপু থ্বাই কেক্রুন ওমগদ্রবনে ?

খোংনাং—কদিগী ওমলোইদগে নিংথেম! নদাইরেমমু মতিক মন্নাই লৈজরন্তুনা ইনিংথৌগী লোইশং কাজরক্লবনিনা।

নিংথৌ—অছুদি করে, ইপুনা তাকপিরবনিনা ইপু থ্বাই কেক্রুগা য়েংনহল্লসি। ইপু মাইচৌ থ্বাই কেক্রু!

কেক্রু—( খুরমনা ) সনা বাখং তাকপিসি ইনিংথৌ!

নিংথৌ—ইপুনা তাকপিবা মতুংইন্না—সিলেট লৈবাকগী লাকপা লমপোইবগা ইপুগা হংচিং অসি ইবুংথৌ সনাগী মিংথৈরেনগা মহাক্কী রামগী মংথৈগা শোনবদা মৈ শৌবা তাম্নবা তারেদো। লাজোই শগোল তোংজুনা লৈবাক পাওজেলহল্লগেকো ইপু!

কেক্রু—শিক্লই ইবুংঙো লাইনিংথৌ! কংলৈ লৈবাক্ত ভূমিংকুম মশোং চাও থবাগুম মডান নাইব নিংথৌরেনও! ননাই ইপুদি ওরাংতা সনা খোংগল কংজবনি। চিংঙ্গুনা য়াবিত্রবমু মৈতৈ লৈবাক অসিদা লাইগুম হরাথশিং মাইচৌ কয়া লৈরি। ননাই ইপু'গ পাহমা লৌশিং নারানে, লৈথদ লাজবা, পোথী লোন্দম চেক্লাগুং, চংঙ্গু লাইওইবা অহল-শিংগী খেজুনবু চেংজৌ মমিং তাংবনা লিবগুম ভুং ইজ্ররকপা পাইমা শিরৈরোম নপুনে লাইনিংথৌ।

নিংথৌ—অছুবু ইপু! ইপুনদি ইপু মাইচৌগা তান্নহন্নু তাকপিরবনিনা অতৌ অভোয়া, অমা থন্নিংঙাই ওঙ্গেরে।

কেক্রু—অছুদি ইনিংথৌ! ননাই ঐ, ডহাকং চিংঙ্গুগা তাঙ্গৈনবগে। সনা খুয়া থাদা মতম শাংজদা থরদ নিজরিয়ে লাইনিংথৌ। ( থুরম্মি )

নিংথৌ – কৈ ইপুগা মুননা তাম্নবিহৌ।

কেক্রু—( খুকয়গা ) চিংঙুও ! ননাই ঐবু কংলাদা। মৈ হৌবা তাম্নৌ হাইনা তাকপির অসিবু ঐদি ইভিক ইপা চাদে কিজরে।

খোংনাং—ইঁ—কঁরিগী কিবগে ? লৈবাক নিংথৌনা ইনাওগী নভিক নয়াইবু থংদরিয়ে। অদুবু ঐনা নিংশিংলকতুনা থংহনগে তৌবনে। কিগনে— ইনাওগা হংচিং অসি তানৌও।

কেক্রু—চঙ্–য়াবা লেংদবা মালেম লৈদা তাফত্রে অদুবু ননাই ঐদি করিস্থু থংজদে, করম্—লৈবাক অচৌবদগী লাকপা থং হৈরবা, মীকি লাইকিত্রবা মীশক অসিগা ননাই ত্রৈগা তাম্ননি, ইভিক ইপা ওইজদে চিংঙুও।

খোংনাং—ইনাও থ্বাই কেক্রু। নং ঐহাক্কু মৈ হৌহনবা ঙম হৌনবরা ? অচুম্বা চাইবতুহন হৌগদবনে। নবুথৌ "সনা"বু থম্মোইদ চেৎনা নিংজোও। অা—নহানুনোং— শিদবা মপু ইবুংঙোনা তাইবং কুমৈ শামগে হাইনা য়াথল তৌরকপদা—

করিস্থু লৈত্রিটে তিংকাকোক ওইরবদা হ্নমলেন মুংশিৎপু পুথোরক্লে মুংশিৎনা অইংবগী মতিকপু লোনা লাইজ তরং ওইবে। ইশিৎ মুংশিৎ চাইনয়ে থাবী মৈশাম্নবী কাওরকলে। অসিবু—তাইবং মপুনা পুথোকপা নত্তবরা ? অসিনা চেৎনা নিংও।

ঐস্থ ইনাওগীদমক লাইনং পরৈ চেৎকে। তেংবাংনবা মপু শিদবনা লেপনা "মৈ হৌববু" থ্বাই কেক্রু নত্তোম্ম ঙম পিনবিসনো।

কেক্রু—( হরাওনা থুরম্না কপতুনা ) চিংঙুগী সোঙ্গী কত্রবা য়াথং কংজরে, ইপুকা অকিবা তুঙ্ংবা লৈজত্রে। মালেম লৈদা তাকত্রবা চিংঙুগী শোঙ্গকদবা য়াথংবু তাংজ লুদ থোংনা পুজা, ননাই ঐ চাং য়েংনজরগে।

খোংনাং—( নংনবীহুনা ) শিদবা মপুনা কুম্থসনো।

কেক্র—(খুররা) মৈতিংঙু তাঙ্গৈং সোরারেন নমু পোংহনবা, কংলৈপুং মযোল্দ ভানকবা নিংথৌরেনও! লাইরেন সনা য়াথং তাকপিবা মতুং ইন ননই ঐ লাইপক য়েংজরগে ইনিংথৌ।

নিংথৌ—হুংঙঙ্গরে ইপু! নিংথৌ ঐগী মতিক চাবা মাইচৌ ন। ইপু! হংচিং অসি কংলা উত্রা মমাংদ লৈবাক মীয়াম পুথা তিন্নবা, লাঙ্গোই সগোল তোংহুনা লৈবাক পাওজেল থাংনি। ইপু! অসিনা লাইরম লুতিনবী বারমনি। মিংথৈরেন অনি অংস মৈ হোৌবা তাম্রধ্বজগী মমাংদা—মৈতৈ ঐথোঙ্গী কংলৈ মৈত্রবাক'সম্ব—"মহাভারতকী মান-পুরনি ঐথোঙ্গনা পাণ্ডব শাগৈগী অর্জুনগী মচা বভ্রুবাহনগী মারনি, লৈবাক অসি মনিপুর কৌপদবনি—ইপুথোউ খ্বাইনা থংদবনা—খুত্তা পাঙ্গবা "ভক্ফা মথক থংদ্রে"—হাঙ্গৈরিয়ে। বাফম অসন হায়া লৈবাক মীয়াম মমাংদা মীয়ান লমপোইবগা ইপুগা অচুম অয়ান শেংদোক্লবিয়ে।

থোংনাং—শিদবা—শিদবা মপুরেন! অচুম অয়ান হাঙ্গৈবদে নিংথেম?

নিংথৌ—ইপু! নোংচুপ লমদগী লাকপা বাথোন লমপোইবনা হাঙ্গৈবা বাফমসি ঐথোঙ্গৈ নত্ত। হৌখিবা ইপা ইপু কাওবনা থংডমদত্রা'সনি।

থোংনাং—হুঁ.—হুঁ—হয়াওবরা নিংথেম? ওঙ্গৈ নংবরনে?

নিংথৌ—ওঙ্গৈ নংবরা হাঙ্গৈবদে ইপু? অচুথরনে?

থোংনাং—হে লাইরেন মৈতিংঙু, তুখি লৈকোই থয়ও! লাইরেন সনা নথোংথাদা নপুন পাওমহুবা থাংলেন খিকুপতং উনবী পুক্নিং চংবিয়ো। নোংচুপ থোং হাং ভাপ্রুব চিংজেন্দা মৈথাই খিজাই অমা থুংলরে অমা থাংলদো। লৈবাক্কী লাকয়েন ভমদায়বনু থাদৌরি—মৈতৈগী পারি পুরি থিবিকপু মাংলক, য়াহিপ কমকম চাকচা ফিসেৎ অমা তৈন ওনকতপনে। লৈবাক মথক মথা ওন, তিনশোন লাংশোন, অসি থৈবিকী ঈলাং থোন

তুনতোক্না নোংচুপ লমদগী বাযোম্না বায়েন খোদাত্থনা পাম্জনি থংও নিংথেম !

নিংথৌ—কমদৌনা ইপু ?

খোংনাং—সুমদৌনা নিংথেম ! মীনমত্থনা, ওঙ্গদবা অয়ানবা অনৈবনা য়ায়দ চেল অচুম অক্লবনা মতাঙ্গীদ চেন্নি। হৈজনা অহৈ শাবা, থংদনা অথং শাবা য়াবনা, অহৈবা অথংবা লংনা মচিন থুপতুনা তাশিন থুপচিন্ন লেনখ-নিদো ইনিংথৌ !

নিংথৌ-ইপু ! মৈতিংঙু নিংথৌ ইহাকথক খোকপা ভাবয়া ইপু ?

খোংনাং—কাংখোং ভমদাই হৈরবদি চাকতোন ফিভোন লোম থয়া সুংশাংনা বয়েরে নিংথেম !

নিংথৌ—অচুদি ইপু ! মতম খোংনৈনা লাকইবা নিপাসে ইপুগা থেংনবীদু কংনৈপাক্কী য়েক্ল কলক থৈবিকপু নৈতনা মাংহনবীত্থনা নৈবাক্কী লাকয়েন ভমদাইনবীয়ো।

খোংনাং—নিংথেম ইপু ইলোদ হোইয়াকদে সদাই ? কী ঐখোঙ্গ মাঙ্গচৌ ত.য়ৎ থেংগ্র', কমেং ফদিবা, থুরুখুন তেপিপা, খোংহি মাইবা, লাংকোন লুখোই, বাংঙু বা'জ ভনা তিননা খোয়াংগে। হংচিৎ অসিদং শিদবা মপু চাইনৌ সনা থুয়ায়েন্দ উনবী পূক্লিং লোংদ য়াইকখৌজান খোনিজসে।

সেলুংবা—( চংলক্ল থুরুম নৈপক্ল নৈ )

নিংথৌ—লুংতাঙ্গরে ইপু ! চিংঙু নোংদম মভুং ইন শংলো খোয়াংবীও। কমদৌরে সেলুংবা !

সেলুংবা—লাইয়েন কোয়ৌ ইনিংথৌ ! লিক্লাই সনা য়াথংঙু ননাইনা পাংখোকচরে।

নাম শোল্লু রামান্দি ধর্ম্মনা ধর্ম্ম পুন্নমক্তগী অথোইবনি”—দেশ অসিদা লৈরিবা ব্রাহ্মণ পুন্নমক্না চপ মান্ননা ধর্ম্ম অসি সন্দোক্লুনা দেশ অসিগী মী পুন্নমক ব্রাহ্মণ ঐথোক্তগী চরনাবুকনা শেংদোকপিসি। হৌজিক ব্রহ্মপুরগী পুরণ লৈরিবা—মৈতৈগী লৈকাই খুন্দিং খুনং খুন্দিংদা প্রভুগী মন্দির শারগা শ্রীমূর্ত্তি নির্পন তৌদুনা সেবা চৎনমবা হোৎনগদবনি। মথোক্ত ব্রাহ্মণশিং লৈরিবা করম্ব দেবতা পূজা তৌরে ?

উদ্ধব—দেশ অসিদা “মৈতৈ বামোন” হায়িবা খংনদুনা লৈরিবা মনাই ঐথোক্তদি মানা মানা পাঙা দেবতাবু মঙ্গুংদ নিংলগা মপান্থোংদদি মৈতৈগী গৃহ-দেবতা “সনামহি” বু ঈরাৎ পূজা কৎলি।

বিষ্ণু—রাম ! রাম ! অদুক তোনবা ! চেং খুম্না অমগী জ্ঞান তাদনা হিংলি ? কানদে—পক্ননু উদ্ধব ! প্রভুগী নাম শান্দোকসি—মীওইববু কিহনগদবনি, পামহনগদবনি। হয়েং প্রজা মীয়াম মমাংদা ব্রাহ্মণগী তেজ, ব্রাহ্মণগী লৌশিংগী মগুণ, ব্রাহ্মণগী শক্তি মঙিৎথিৎনা উহনগনি। দেশ অসিদা লৈরিবা ব্রাহ্মণ পুন্নমক্না অঙাং কাওবা য়াওদ্রা। তিন্দুনা প্রভু শ্রীরামচন্দ্রগী জয়ধ্বনিনা মৈতৈশিংগী পংজবা মনাকোং শেংদোকসি। লাও মাং থানা চৎলু ব্রাহ্মণ পুন্নমক থোমজসি।

উদ্ধব—( হয়াওনা মথুং লোয়া প্রনাম তৌদুনা )
আজ্ঞে ! ( মাং থা বিষ্ণুনা তুং খংনা চৎলিই )

অঙাং হাওবা—( মশা পুম্ব কমাংনা পুমচোৎনা য়ায়া বানা কয়া চেনশিল্লক্লুনা )
কনপিও ঐপু অমুক্ত কনপিও— ( অনিগী মথোং কোন্দুনা কপ্পি )

বিষ্ণু—ক্রি তৌরে ! কনানো নং ?

হাওবা—ঐতে অঙাং লমতকি লাকপা হাওপনে—

বিষ্ণু—তুকা ক্রি তৌরে ?

হাওবা—মু থলুংমা পুতুনা য়োনপিয়ে। মৈতৈ ময়ামা ফাদুনা হাতপিকে থোপা কনপিও (হয়া য়েংই)
তু আতো লাকয়ে কমথৌনি?

বিষ্ণু—উম কিনো ঐনা কনবিনি। উদ্ধব! নংগী ফিদো শেংপিয়ু।

(উদ্ধবনা মাগী য়ান্নকপা ফি শেংচিনবীয়ে, বিষ্ণুনা মাগী পাইতুদগী চন্দন লৌ-থোকতুনা ঈশিং লৌরগা পাক্লা চাওনা থিনবীয়ে, মখোকগী কোযেৎনা হাওবদা হাপ্লিয়ে, মাগী য়ান্নকপা ফি অমম্থং পাইতু য়ানশিনবী য়গা—)

বিষ্ণু—মখোঙৈনা নখোন্দা বা ছংলবদি নং খুমগনু, থংদে হাঙৈন নওক্লা হাইয়ু; নচিন্নবা রাম নাম শোন্নু।
হাঙৈয়ু—রাম রাম!

হাওবা—লাম লাম!

বিষ্ণু—রাম রাম! রাম রাম! হাঙৈয়ুবে।

হাওবা—লাম লম!

বিষ্ণু—(শাওনা) থোকও তুমিন্না অতুম লৈরো।

(তনবা মৈতৈ দা অনি মথুক্ত চৈ পাঙৈনা ছংলকতুনা)
য়াথথোই! সোমদা অহাং হাওবা অমা চেনখিবকা উহৌরা?

(হাওবা বিষ্ণু অমম্থং উদ্ধবকী মরমদা লৈশিন্নি)

বিষ্ণু—ওরে—নখোঙৈ মৈতৈ, ঐবু উবদা প্রনাম থোদে, ঐদ বা হঙংপদা নথুং অনি লোন্নতুনা "অজ্ঞে" হাঙৈনা বা হাঙৈয়ু। অদদ মচুংজিদা অদদী ওঙৈদুনা শাগুম পংনা নখোঙৈ মৈতৈ মূর্খ ওঙৈয়ে। নখোঙৈ মৈতৈশু লানবীবা লাকপা জাতি পুম্নমক্কগী অখোইবা ব্রাহ্মণ মশক থংদে?

তনবা ১বা—অজ্ঞাবু বামোন লৈকাইদা লৈবা বামোন উদ্ধব নত্রো?

উদ্ধব—রাম ! রাম !

হাওবা—লাম ! লাম !

(মতম অমতদা চপ মান্নবা শোল্লি)

বিষ্ণু—নখোঙ্গ অনিদি কৈদোরে ?

ভনবা ১বা—ঐখোঙ্গীদি হয়েং চাং য়েংনরগা ভপ্পা—

ভনবা ২বা—ঙসিদি নিংথৌগী সনা মাথং পুরি, অবাং হাও অছু কাদবা মাড্রি, হয়েং থোংলগা থংনরসি—

লাকও চৎসি। (ভনবা অনি চৎখ্রে)

হাওবা—(মকী লোথোকতুনা) 'সিত্তা লৈপা থৌবাই মাংকাভনে, মে খুনকমতা চেনকাভপনে ।

বিষ্ণু—হঁা নং চেন্দুনা হিংলোই, কদাঙ্গদা চেম্মি ? শিগনি নং খিবা শোঙ্গদ্রে । রাম নাম শোল্লু—ব্রাহ্মণ ওঙ্গরগা নংবু হাৎকে হাঙ্গিব্রিবা মৈতৈশিং নংগী পদধুলি লোনবা হোৎনৌ ।

হাওবা—(মান্না হয়াওনা) মাকাভনে ঐকা ?

বিষ্ণু—নপুক্লিং শেংবা খোজ অখোঙ্গবা ঐগী চরন্দ চংলৌ ।

হাওবা—(কপ্প') লাম লাম । (বিষ্ণুগী মখোং কোন্দুনা) ঙসিভকি মৈতৈ পাযোন ওইপিকাভনে ।

বিষ্ণু—রাম রাম মঙ্গল ওঙ্গমু । ঙসিদগী নংনা পাম মৈতৈ ব্রাহ্মণশিংগী য়ুম্নাক অমদা চংলো— নংনা অমত্তং নংগী বংশ শাগৈ মাতৈনা মৈতৈ. শিংবু লানবিবা ওঙ্গসনু । ঐগী পাদ ধুলি মকোক থোংনা লোজরো ।

(বিষ্ণুগী মখোংদা হাওবগী মকোক্তা থাদৎপিখি ।)

হাওবা—লাম লাম !

**Light off**

"মীয়ামগী থোজেলনা পুমনিল নিজি ।"

**Light on**

## ৩বা উৎপা

## "কংলা উত্রা"

ময়াঙ্গদা সনা ভাংবল থাদুনা লৈ। নাকল অনিদা স্নিংথৌসেনবশিংনা থাং তা পাঙ্গইদুনা লেপলি।

নাকল অমদা থোংনাংথাবা, থ্বাই কেক্রু কমই। অওবশিং নাক য়েত্তা মাগী মাগী কমকমদা পরেংশানা সনা থৌগলগীদমক ভাঙ্গইদুনা লৈ। বিষ্ণু-গোস্বামিনা থাং থা হাওবনা কিদা পুদুনা তুং ইন্দুনা চংলকই।

বিষ্ণু—রাম রাম! (মখুৎ লোম্না)

লৈবাক্তী কমনাইবা অওবশিং! পণ্ডিতশিং! প্রনাম প্রনাম!

(খুরম্মি)

থোংনাং—অহ-হম (থৌদেম্মী)

ময়াম—কল্যাণ্যু কল্যাণ্যু।

বিষ্ণু—কিদা'নু মকম'সিদা থা৫।

(হাওবনা থারগা মখুৎনা নাম্বোকই)

চৎলো চৎলো ব্রাহ্মণশিংনা কমজিবা মকম অসিদা কমজক্রো।

(হাওবা খুরম্নগা থোকখে। বিষ্ণু মাগী কমকমদা ফমংলে। রাংলেম পুংজাও থিন, শিঙ্গা পেন শানাই থোং, মোইবুং থিঙ্গামদুনা—

পাওতাকথোল—লাইরেন মৈতিঙ্গু স্নিংথৌরেন অথোঙ্গবা তুবী সনা থোং-লেংথোরক্লে— লৈবাক মীয়াম পুম্নমক! মকম চানা চানা লৈদুনা, ইনিংথৌগী সনা থৌগল কংনবা থেম-শারে'—

(চরাইবোংবনা থাং থা, হাওবম সেলুংবনা থাং পাঙ্গইব', নিংথৌসেনবশিংনা শায়ৈ কাংহাঙ্গইবতিংবা থৌগলদা থোরকপদা মীয়াম পুম্নমক খুরম্নগা হৌগৎতুনা মখুৎ লোম্না মর লুক্না লেপলি—)

বিষ্ণু—রাম রাম! শ্রীযুক্ত চূড়াচাঁদ সিংহ পূর্ণচন্দ্র থাঙজম চংখোনবা মণিপুরেশ্বর মহারাজগী!

ব্রাহ্মণশিং—জয়!!

বিষ্ণু—মহারাজ মঙ্গল আয়ুষ্মান!

(মৈতৈ পুৱ ওজা তাংখি, খোংনাং ঈ কানা শাওখি, নিংথৌ হবাওনা তাংবম্ব ফমখি। মরাম পুম্নক মানী মাগী ফমফমদা ফমখি। সেলুংবা থাং থোগল হঞ্জনখি।)

নিংথৌ—সেলুংব! মৈ হৌব তাম্রদ্রিইং মমাংদা—গোথাইনা হাঙবা—'ঐখোইগী কংলৈ মৈত্রব কপ্পু মহাভারতকী মনিপুর'ন লৈবাক অসি মনিপুর কৌগদবনি। ঐখোইনা পাণ্ডবকী মাইমবা অর্জ্জুনগী মচা বভ্রুবাহনগী মাগোন' হাঙবা বাক্য অসিন। ঐখোইগী অথং অটেং মাইচৌশিংগা হায়া ভাংনহন্দুনা অচুম অরান লেপখিসি।

সেলুংবা—(লৈপক্লা খুরমজুনা মমাই লুক্রা তারম্ব খুরম্নগা হোগস্তুনা—) তাবিয়ু তিনবাবব মৈত্রবাক্রা হৈরেবাকচ মীয়ম পুম্নক! লাইনিং লিচংকী মরমদা মৈ হৌবা তাম্রদ্রিইং মমাংদা হনিংথৌ সনা য়াথং মতুং ইন হুংনগদোবিব, বাক্য অসে। হাঙবিরো গোসাই! মণিপুরগী মরমদা—

বিষ্ণু—রাম রাম! হে মণিপুরেশ্বর রাজন! ভগবান শ্রীবেদব্যাস দেবগী সংস্কৃত শ্লোকাবলি হিত্নুনা শব্দ খুদিংগী অনুবাদ তৌদুনা মতম মাংহন্নরোই, মরু ওইবা বাক্যমদং বর্ণন তৌগা পুক্নিং চংনা তাবিয়ু রাজন অখোঙবা!—মহাভারতকী আদি পর্ব্বদা, পাণ্ডব মঙাগী মাইমবা অর্জ্জুননা—দ্রৌপদীগী মরমদা মথেঙ্গ মচিন মনাও ভাংনবা বাপক, কাঙত্নুনা চহি ১২ বন চংখি। অর্জ্জুনন ইন্দ্রপ্রস্থনগী তীর্থ চংলকপা 'সিদা বেদ বেদাঙ্গ হৈবা ব্রাহ্মণশিংগা লোইননা অহানবদা হরিদ্বারদা চংলি, শ্রীগঙ্গাদা স্নান

থোঙ্গিবৈদা নাগরাজগী মচানুপী উলুপী উহুনা লৌই। মথংদা ভুঙ্গনাথ, হিরণ্যতীর্থদা চৎলে। মতুংদা নোংপোক্তা লৈবা তীর্থ ময়াম স্নান তৌগে নিংদুনা— নৈমিষ, নন্দা, অপরনন্দ, কৌশিকি, মহানদী, গয়া অমসুং গঙ্গা মথং মথং লাকহুনা অঙ্গ, বঙ্গ, কলিঙ্গ দেশতা থুংখি। কলিঙ্গ য়োরবদা হুং ইল্লকপা ব্রাহ্মণশিং হনখরম্মি। সহায়ক থরক্তগা লোয়নবা কলিঙ্গ লাম্নোকতুনা নোংপোক মাঙ্গৈকেদা লাকপদা—

"মহেন্দ্রপর্ব্বতং দৃষ্ট্বা তাপসৈরুপশোভিতম্।
সমুদ্রতীরেন শনৈঃ মণিপুরং জগামহ !!"

ইত্যাদি—

তপস্বীশিংনা লৈরিবা ওইবা কঙ্গয়েং মহেন্দ্র চিংবু উরগা সমুদ্র মপান লোমদা লাকতুনা মণিপুরদা তপনা য়োখি !!

ভারত শাস্ত্রগী অবেংইবা ধনঞ্জয় অর্জ্জুননা মকমসিগী তীর্থ ময়াম দর্শন তৌরগা, মহুম অহুমী রাজা ধর্ম্মজ্ঞং চিত্রবাহনবু উনবা চংবদা রাজাগী কন্যা চিত্রাঙ্গদাবু উবদগী নিংথোদা হাঙ্গজহুনা পুত্রিকা ধর্ম্মদা অর্জ্জুননা প্রতিজ্ঞা তৌহুনা চিত্রাঙ্গদাবু বিবাহ তৌখি। অর্জ্জুননা মনিপুর দেশ অসিদা চহি অহুম লৈদুনা বভ্রুবাহন পোক্লগা তীর্থদা অমুক চৎখি। অসুম্না বভ্রুবাহনগী থাক্ন মণিপুরগী রাজবংশশিংনা—খুকন পানলবা, লান্না হৈখিংবা, থোনা কনা মতম কুইনদগী ডংস কাওবা কাওরিবসনি। মসি অচুম্বা সত্যমক্কি, বেদ পুস্তককী অর্থ ওইবা মহাভারত পুরান শাস্ত্রনা প্রমানরি। মসিদা য়ারিংবা, য়েৎলংবা মী য়াওরবদি ঐনা মহোন্দা হাঙ্গই —

মহাভারতকী শ্লোকশিং অর্থ খংবা ভূদেব, ন্যায় শাস্ত্রনা য়াবা বাক্য মতুবা, অপং থোনানা অহৈ অশি শাবা মূর্খগী মীশক্তি য়াজন!

( মরাম অমগা অমগা য়েংনবা খোংনাংদা য়েংবা, নিংথৌবী মরা চাঈদুনা ওহাক তুমিন্না লৈরগা— )

নিংথৌ—ইপু কৈদৌবিরে তুমিন্ন লৈবিরবদে ?

খোংনাং— মানা হাঙ্গৈরিবাসবু— ইদোমতবুরনে নিংথেম ?

নিংথৌ—থাকম অসিদি ইপু ! ইপুত্না চাংনবিবা তারে ।

খোংনাং—ওঃ— লৈবাক নিংথৌ মীয়ামদি য়ানিংলবা ! "য়ানিংদবা, য়েংনিংবা" থংদবা, অপংবা, অহৈ অশিং শানিংবা মূর্খ ঐডা চ'ঙ্গৈরবা নিংথেম ?

নিংথৌ—কার বনো ইপু ? নিংথৌ ঐনা হোই য়াহুনা লৈবাক মীয়ামসু য়া, ইপু নদোম তাবে হাঙ্গজবা নত্তে । থাকম অসি ইপুগা চাংনবীহুনা অচুম অয়ান থংজনিংবা নত্তনে !

খোংনাং—শিদবা মপুরেন ! নপুবু চাকপিয়ূ নিংথেম ! ক্বাক খোংবা "ম্বানহে" মত্তানবী, পাইক্ত্রে শাইরোং চাই । ক্বাকথোং মরোল থংবা কৌহুনা ইপা ইপু মৈতৈ কনাস্ত চাস কাওবা অক ক্ত খু ন্দম্রে, ওঙ্গৈদবা পঙ্গেংনা খুজংনবা থৌরাংবা তারোঙ্গৈদরনে নিংথেম ?

নিংথৌ—ইপু ! য়েক্লা মনিন নাইবনা পোঙ্গৈরে লান্দাম্রকপা থাংজেন খুৎনা ফংনা লানশোক থম থেংনবা নিংথৌ হাত্তকনে । চৎনরোন মীহৌরোন্দ মীনা শিংনরবদি ইপু নাত্তকনে ।

খোংনাং—উম—ননাই মীয়ানচানা হকৎলিবদি—মথোঙ্গ ময়াং মশেম্না ইবা, ব্যাস হাঙ্গৈবহুনা মহাভারত ইবদা "মা'নপুর" কৌবা লম অমা হশজদে, ঐখোঙ্গৈগী কংলৈ মৈক্তবাকসি— "মনিপুর" কৌরো, থারি থাখোংদু চাননবা মৈতৈগী পারিপুরি যুৎথৎনা ময়াং ঙ্গৈগী চার ওঙ্গৈরো, "মনিপুর" কৌবা লৈবাক অমতা লৈত্তে, কংত্রে. মহাভারত লানবা তায়ে লোঙ্গৈবা য়াদে সিনদো—

থিক্—না - না—পাণ্ডত ! লানবা, লোঙ্গৈবা থা নত্তে ।

থোংনাং—নত্রবদি -ওসিদা হিংনম নম্মরিবদি ওয়াংতা ইবা লাইরিকদা?

বিক্—ওসি ওয়োংগী বা নত্তে পণ্ডিত! কলি যুগ 'সিগী মমাং থাপুর সন্ধ্যাদা থোকথবা লেংবা যাদবা দেশনি। মশাগী দেশকী ইতিহাস, কৃষ্টি সংস্কৃতি খংদনা লৈবা জাতিদুগা মাননা তোনবা অমা লৈতে পণ্ডিত!

থোংনাং—হঁা—হঁা—হঁা— নংগুবগী ওয়াংতগী চকতা থোকপনা অচুম্বা শা, মালেম লৈপেমতৈগী মহৌশা ওইনা লৈরক্লবা মৈতৈগী বারিশিংবুদ, ঈনাৎ চৎনলোনবু মুৎথৎতুনা মাংহনগে, নখোই মমাংগী মথাদা নমথক্লুনা থমগে হোৎনরিবা, নংমূক পংবা, নংমূক তোনবা অমা লৈরেহে—।

বিক্—নত্তে পণ্ডিত! ঐ নত্তে, ঐগী মনব্যাদগী বা নত্তে, বেদগী অর্থ ওইবা মীওইবনা যানরবা, মহাভারত পুরাণ শাস্ত্রগী শ্রীব্যাস দেবগী কলমনা ইদুনা থাবরম্বনি।

থোংনাং—নংগী ব্যাস, বেদ, দেব কনাগী করি কয়া যাম তাদ্রিতৈ তিংকাকোক ওইরিতৈদগী শিদবা মপুনা পরিং লাংশং হুদুনা তেংবালবা শেখগী মৈতৈ বাচুম তবা লাইশিংনা সনা পুযাদা ইদুনা থম্বিরম্বিবা "মৈতৈ কংলৈরোন" মুৎথৎতুনা ঐখোই মমাংগী শাগেনি মমাং লাইয়েকা যাওই হাইবদা মালেমসিদা লৈরিবা মী কোবা অমতনা যাবিরোই। করে— নংগী মনিপুরদো কোয়ো, নিংথৌম্ব—হা—চিত্রবাহন, বভ্রুবাহন মমাংচাদো পারো, মমাম চিত্রাঙ্গাদা ওইরো। লৈবাক 'সিগী মথৈ লৈবাক 'সিগী মহুংদা লৈরিবা— চিং মান, লেংই পালিবা পুরমক্তি মমাংলোন ওইরে কৈদোহোয়ে? হা— থুম্মুনে?—

হঁম্—হাইবীদে হাইনিহে চিনথিবা। মীনা শিবনা চীন্দা, শানা শিবনা থোজুম্বা। মীনম বাপে, ওইদা মমথাক্লা ঐ ফজাইরে নাপন তোবদি—মথমা থাকপা লাংন মেক ওইবা মদোম শিনৈরে খংখোহে।

বিক্—রাম রাম! হাঁ পণ্ডিত করিগী য়ায়া শাওরি। ভগবান কৃষ্ণদ্বৈপায়ন বেদ ব্যাসনা খংনা খোনবিরম্বা নামনি— সংস্কৃত লোন— মনিপুরগী অর্থদি— খোঙ্গদৌনি।

দেশ অসি পৃথিবীগী মথক্তা চিংনা কোঙ্গশন্দুনা খোঙ্গদোওয় ভোংথৎনা লৈবা, মসি ঙনা য়ায়া চুয়া খোনবিরম্বা, অসিগী মথক্তা—দেশ অসি শিব মহাদেবনা ত্রিশূলনা "চিংমু হং" হংদুনা ইশিংদা লুপতুন লৈরম্বা কংনা কংকাল শেম্বিরে, শিব দুর্গা অনিনা দেবতা ময়ামগা হয়াওদুনা অগোঙ্গ শাবদা আনন্ত দেবনা মণিনা পুমলং নংনা ভালহনবদগী "মনিপুর" কৌদুনা নাগরাজ আনন্ত দেবনা অহানবা রাজা ওঈবা। দেশ অসিগী মীশিংদি দেবতাগী মচা মচ ওঈবনি। দেশ পুম্নমক্তগী লেনবা য়ায়া চাওথৎনিংভাঙ্গ ওঈবা মী ভাক্লিনা পণ্ডিত?

খোংনাং—হাঁ—হাঁ—হাঁ নংনা লাই ময়োল ময়োল পুগলকদুনা নচিন দি? মীগী মীতৌ তমনা চাওথৎলে য়াইদরে বাথরদুনা। ইপা ইপুগী খোজুন মুথংপাদি মীগী মীনাই ওইবা মীথা পোনবা নত্তনা করিনো? ঐখোঙ্গগী কংলৈ মৈত্রবাক পোঙ্গরৈ সনা লৈবাক অসিদি পিদক্লমু পিক্লা—আ—কুই-নদগী মতিক্তা ময়াঙ্গদা অরাং অপা লৈতনা মদোম মনিং ত্তোনা পানবনি। নংনা থাগৎদুনা কারোই নংনা থাদদুনমু ভায়োই। নংগী লাঙ্গয়োন ময়াম পুগলকদুনা ঐখোঙ্গবু তথা য়ারোই। নংনা নত্তিক লৈরগা মৈতৈ ঐখোঙ্গগী লৈরম্বিবা পুয়াশিং ময়ম চানা লাম্নে হাঙ্গনা ককও ভগচন্দ্র!

বিক্—ঐদি মৈতৈ মরেকমু থংদে, পাবমু খোকওই— থংমু থংনিংদে— করয়া ওমনি?

খোংনাং—ভগচন্দ্রবদি নংমা ঊবনা মচুমলে, নংনা থংবনা মহৈরে— নংনা পুখো-য়কপা কিসেং চাকচা, লাইনিং লাইশোন লৈবিক মতৌ অমহয়া নংমা বায়েন খৌবাদুনা পানগে, নংগী বোংচুপ লমগী বাযোনশিংগী মথাদা

মৈতৈ পুরমক থরবা থৌরাংগে 'সিনিনে? নংগী বাকমসিদি—লৌ মপু য়োংনা তানবা, মুমদাংবনা কৈনাবা, শামু মতুং পেনা থোংবা, লৈপুংনা থণ শাবা মো থোংদবা, হাঙৈবচুনি— সিগুমবু করম্না বা লৌগবনো?

নিংথৌ—চুমই, মানি ইপু! বাকম অসি নৈনিংঙাঙ্ঙৈ ওঙৈদ্রে। বাতাং কনবনা অচুম্বা শকপদি য়ায়োই।

পোথাবিয়ো ইপু! লাইগী বায়েন য়েংনরসি সেলুংবা! লৈবাক মীয়ামদ থংহল্লু— ওসি ইবুধৌ সনাগা মরাংগী লাই য়ামগা অনি অসি কনানা চাওবা কনানা পিকপা মৈ হৌবা তারক্লুনা মতিক ময়াই চাং য়েংনবদা "মৈ হৌবা ওবা লাই অদুবু"— ওসদগী মৈতৈ ঐথোঙৈগী নিংগদবা লাইনি হাঙৈনা লেপকদবনি।

সেলুংবা—(মথুং লৈপক্লনা মক লুক্লা) সনা য়াথং কিগাও শানা য়াজরি ইনিংথৌ! (খুরম্নগা হৌগৎতুনা)—তাবিয়ু কংলা পুংময়োল্দ তিনবি-রিবা মেতৈগী অওম অথৌ, ইপা ইপল, ইমা ই.বল. ইচিন ইনাও, ইচন ইচে পুরমক!

ওসি— সিলেট লৈবাক্কী লাকপা লমপোইবা বাথৌনগা মৈতৈ ঐথোঙৈগী মাহৎচৌ খাই কেক্রুগা অনিনা—মৈতৈ ঐথোঙৈগী "লাইনিংথৌ সনা" গা, মরাংগী লাই "রাম" গা অনি অসি কনাম্না চাওবা, কনানা পিকপা, মৈ হৌবা তারক্লুনা চাং য়েংনরনি। মসিদা—মরাংগী লাইনা মৈ হৌবা ওমলে, ঐথোঙৈগী হায়গী লাইনিং লাইশোন তোকচুনা অনৌবা "রাম" গী মিংথৈ ওসদগী শোল্লুনা অনৌবা লাইরম লুতিম্ব তিরাগদবনে। মরাংনা ওমদচুনা করিগুম্বা মৈতৈ ঐথোঙৈনা ওমলবদি কাঙৈবা লৈতে। ইনিংথৌগী সোঙৈবা য়াত্রবা সনা য়াথংনে।

(নিংথৌগী মনাক্তা চংচুনা খুরুম্নি)

নিংথৌ—ঐথোঙৈনা হায়া য়েংগদয়া ? অদুগা বিষ্ণুগোষামিনা হাননা য়েংগদয়া ? কনানা হায়গগে হংনরো ?

সেলুংবা—স্না যাথং (থুরম্বগা লেপথত্তুনা) মাইচৌনা হাননা য়েংগদয়া ? গোষাইনা হায়া য়েংগদয়া ? কনানা হাবগদগে ? ইনিংথৌ সনা যাথং তাকপিয়রে ?

কেক্ষ্—(থুরম্বগা থুংলেম্বনা) বাঙম লৈকোইপুং মপুরেন ! ননাই ঐদি ইথুলগং মচানে কোননা ননাই থৌগল কংজগে । (থুরম্বি)

নিংথৌ—ফয়ে—অদুদি বিষ্ণুগোষামিবু হাননা য়েংলসি । হে বিষ্ণুগোষামি ! করি করি পোৎলম চংগনি ?

বিষ্ণু—মহারাজ ! চেং থোইদিং লৈনচিংবা থি, শিং অক'বা মকক থয়গা পিবিয়ো অদুগা ময়াই অ'সিদা বাই তৈথোকতুনা ফিদা অমগা থাহনবিও ।

নিংথৌ—সেলুংবা ! অমত্তা বাত্তমা লা'হলো ।

সেলু'বা—ইনিংথৌ— (থুরম্বগা চৎথি)

নিংথৌ—অতৈ করি বাৎলিবা ?

বিষ্ণু—বাত্তনদা লৈরগদবা প্রভুগী পুজানি মহারাজ ! লৈজবা ঙমজবা থরসিগী মথক্তা মন শেংবা ভক্তিনা শ্রীচরন্দ চংজদুনা পুজা বচ্চবা । হে রাজন অথোইবও ! মহারাজগী মঙ্গলগীদমক, দেশ অসি "ত্রেগী ইবুংঙো প্রভু শ্রীরামচন্দ্রগী নাম শোন্দুনা রাম রাজ্যগুম শেমসে মীগী বাবু থাজবিগনো ।

( রাইতৈবনা নিংথৌ থুরম্না বাই তৈবা লোঙৈদুনা থুরম্বগা থোকখ্রে । )

সেলুংবনা পোৎলম তনা পুহন্না চংলকতুনা নিংথৌদা থুরম্বগা হায়গুম থৌগল তৌনা লৈখ্রে । পোৎ পুরকপনা বাই তৈকমদা পোৎ থমদুনা ফিদা থারগা নিংথৌ থুরমদুনা থোকখ্রে । বিষ্ণুগোষামি চংদুনা ফিদা ময়াইবক কন্থ্না কমলে, মথাংদা শিং পৈদুনা চেং থোইদিং কন্থ্না থি হৈরগা, মৈ'কৌবা লাইবু থুরমদুনা চেং থৌঙৈদিং 'কংনা' কৌদুনা—

মন্ত্র :—

.................................................

বিষ্ণু – ( মৈবু তোঙ্গনা কৌবদা মৈ হৌত্রবদা )

হা ইবুংঙো রঘুকুলমনি ! ইবুংঙোগী "রাম" নামবু দেশ অসিগী মীপুম থুদিং শোলহনগে হাঙ্গনা ননাই ঐনা হোৎনজবনি । ননাই ঐগী ইমাংদা লৈরিবা শিং অসিদা ব্রহ্ম নংগী মৈ অতুনা চাকহনবিয়ু ।

রাম রাম !

( ঘিনচিংবা চেং থোইদিং তোঙ্গনা কত্নুা 'রাম' নাম তত্তনা শোয়া হয়া হয়া কৌবদা হোত্রহুন — )

ইবুংঙো ! রাম রঘুমনি ! সনা লংকাবু মৈ হৌনা চাকহনবিহুনা উৎ ওঙ্গহনাথবা । নন ইনা হয়া হয়া কৌজরি ইবুংঙো ! মাংদ লৈরবা শিং অসি মৈ হৌহুনা চাকথেকহনাবয়ু । রাম রাম !

( মৈ হৌত্রবদ অকিবা পোক্লা মথা থক থক নিকতুনা মথাই থেঙ্গম ল্যাংশমে রাম বান মক লুকতুন ভুমিয়া ফমহুনা লৈথরে । )

নিংথৌ – ( শাওনা ) নক লুকতুনা ভুমিয়া ফমহুনা লৈরবদি কৈফোরে বিষ্ণু গোষামি ? নবুংঙো রামগী মিংথৈ শোনবদা মৈ হৌবা ঙমগদৌরব্রা, ঙম্মোইদৌরিব্র নত্রা শেংও ?

বিষ্ণু – ( কমকমদগী মথা নিঙ্কা কিনা হৌত্নুা নিংথৌ সনা মমাংদা মথুৎ লোয়্রন ) মনাই ঐনা কৌজবদ, ঐগী ইবুংঙো প্রভু শ্রীরামচন্দ্রনা কৃপা পিবিদরে । মৈ হৌহনবা ঙমদত্রা তারে মহারাজ !

নিংথৌ—( য়ায়া শাওনা ) ক য়—ঙমদবা তারে ? নংনা মহান্দ রামগী মিংথৈ সে নবদা মৈ হৌহনগনি হাঙ্গহুনা ঈমাঙ্গ লাইমমথৈ হাঙ্গবদাই । নংনা হাঙ্গবা মতুং ইয়, অস্থুক য়াম মৈতে লৈবাকী – অঙম অথৌ, লৈবাক মীয়াম পুন্নমক পাওচেন্নু হাঙ্গহুনা চেনবা নত্তবয়া ? নংবা মৈতৈ লৈবাকী

মী অসিবু করি ওঙ্গনা উবগে? মংনা মমথবা মাপনি নিংবরা? নংগী মতিক নত্তে, নংগী নপা নপুশিংবু হনবা ঙাকনি থংউহে।

সেলুংবা—সনা মাথং তাকপিবা চুমই ইনিংথৌ! মৈতৈ লৈবাকী মীয়ামবু উশিত্তা, মৈতৈ লৈবাক মমথগে হাঙ্গিদুনা তাং ভোবা লাকপনি। মাগী মতিক চাবা বায়েল থৌদাবিয়ু ইনিংথৌ!

ময়াং—মানি মানি ঐথোঙ্গ মৈতৈবু উশিত্তদ্রনি। লেমনা থাবা মাত্রে। সনা পুক্লিংনা বাথল তৌবিয়ু ইনিংথৌ—মৈতৈ ঐথোঙ্গবু মাংহনগে লাকপা মীশকনে।

নিংথৌ—উম—মাগী মতিক চাবা বায়েন চৈরাক্তি—

থোংনাং—মৈতিঙু নিংথৌরেন মাইকবও! বাংলেন মিকুপ অমত্তা সনা পুক্লিং নেমথবিয়ো। নপুনা বারম থরাং সনা থুম্বা থাদা হজংচবা সনা পুক্লিং চেৎনা তাবিও! তিনবিরিবা মৈত্রবাকচা পুম্নমক্ন্থ শাওবিথিগনো। ননাই খ্বাই কেক্রুগীন্থ শিদবা মিংথৈরেন শেজবদা মৈ হৌবা ভেয়া অমুক্তং চাং য়েংবিথোও।

নিংথৌ—উম—ইপুনা চাঙ্গবা চুশ্লই। ঐথোঙ্গগীন্থ য়েংখিকম থোকই। ঐথোঙ্গগী অমুক য়েংলসি। ইপু! করি পোৎলম চংগদগে?

কেক্রু—(খুরম্না) ইনিংথৌ ইবুংঙো! ননাইগীদ করিগুম্বা পোৎলম অমা মাওরোই। নবুথৌ সনাগী শেংলবা মিংথৈরেন অসিবু শোঙ্গরগা লে ঙ্গয়ে। ননাইবু লাইপক য়েংজনবা সনা মাথং পিবিয়ো। (খুরম্মি)

নিংথৌ—করে ইপু য়েংলসি।

কেক্রু—(থোংনাংদা খুরমজুনা) চিংঙুনা তাকপিবা মতুং ইন্না লাইপক য়েংজরগে।

থোংনাং—শিদবা মপুনা লেপনা কুবিবা ওঙ্গসনো।

কেক্রু—(হৌগৎজুনা মখুৎ লোন্না) লৈবাক মীয়ামা লাইনিং পরে চেৎপিয়ো।

( মীয়ামদা থুরম্মগা শিং লৈবিবা মমাদা লেপতুনা—
থুৎলোম্লবা— )

চিঙু খোম্লম লাইম্বিংখৌ ! কোয়ৌ নোংখৌ ভরেৎমাদগী কুমলক্লো, মালেম লৈথায়োন ভরেৎমদগী কায়কলো, নত হেবুংখৌ হেবেম্মশিংনা চিঙুবু থুক্রমজরিয়ে। চিঙু নতিক য়াম, খোমুম নত্তৈহেবু, চিঙু নয়মবু, নদাইরেম নমাইবনা থাঙমদবা লাইম্বিংখৌও !

কোয়ৌয়ক্কী বাংখোঙ্গবা, মালেমলক্কী লৈখোইবা লাইম্বিংখৌও ! নত হেবুংখৌগী মোংবা ময়'নয়াইদা চিঙু নত্তৈহে'বয়রো। নামংবু মোংখাহনবা, সঙ্কোং অপালবা কৌবও ! ননাইনা হয়া হয়া থুক্রমথৈ।

ননাহদি করিহ্ থংজদে লাইওব য়াব চিঙু খোংনাংথাবনা পাও-শিরকতুনা, ভাকপিয়কপা মতুং ইমা লাইাম্বংখৌবু থম্মোইদা চেৎনা কোয়া নিংজবভনে। হে ভেংবানবা মপু ! ইবুংঙো নৎনা তাঙবং কুমৈ শায়গে চাঙ্গৈনা বাথল তৌয়কপদা ক'য়স্ন লৈ'জ্জৈ ভিঙকাকোক ওঙ্গৈরিজৈদা হমলেন নোংাশংপু খোয়ক্লে, নোংাশংনা অহংবগী মতিকপু লৌরে, লাইজ ভয়ং ওঙ্গৈরে, ঙ্গ'শিং নো'শিং চ ঙ্গৈনরে থাবী মৈশায়বী কাওয়ক্লে অসিবু তাঙ্গৈবং মপু শিদবা কৌবা লাহাম্বংখৌগী মতিক ময়াঙ্গৈনা—

থাবী মৈম্রোং অয়াবা মিংথৈনা
মিংলোন মখোয় তৈনা
থাংাজং ঊপি ঊরেন মৈ
সজু ভেকচা মৈ
লমজাও থাবী মৈ
হেনবা পামচাক মৈ
ভয়া চাকসৌ মৈ
চাবোক কদাম মৈ

সংলৌ য়েনফুৎ মৈ
অমম শিজুম মৈ
চিংগু মখৌ মাজেন মৈ
থাবী মৈথাং মৈ
মৈরি মৈচাও মৈ
অথম শিংকুপ মৈ

কৌবা খৈ'বকপু মপু শিদবা ইবুংঙো নহাক্নে। নশেক নঙাল নিংথিবা য়াইফ ফুংঙাঙ্গৈ পিবিবা, অমম অঙাল থাঙ্গৈনা অক কত চাকঙ্গৈবা, পামেল শিংজা থক্তবু য়াইফ মিৎয়েং তাবিয়ো নহাইয়েমনা হন্না কৌজরি হুঁ কুক্ কুক্ কুক্ ॥

(পামেল শিংজাদা মৈবী হৌরকতুনা চাক্লে)

মীয়াম—"শিদবা মপুনা য়াইকরে" (ভোঙ্গৈনা লাউথি)

থোংনাং—মৈত্তিঙু লাইনিংথৌ নিংথৌবেন য়াইকবও! অসি য়েৌনা মতিক ময়াই লৈয়বা, মালেমদা তাংলবা মিৎনা উবা ফংজবা ইবুথৌ সনাগী মিংথৈরেনবু থাদোক্লনো নিংথেম!

নিংথৌ—সেলুংবা!

সেলুংবা—সনা য়াথং তাক'পি'সি ইনিংথৌ?

নিংথৌ—মৈতৈ লৈবাক নমথবা লাকপা, মীগী মপা' মপুনা নিংজবা লাইনিংবু মাশুমনা মাংহনগে থৌয়াংবা', মৈতৈ ঐথোঙ্গৈবু থওঙ্গৈ উশিত্তা মীনমহুনা অপৈ থানা অচুম্বা শা মৈত্রবাক মাংহনগে হাঙ্গৈনা লাকপা ময়াং মচা অসিগী মতিক চাবা বায়েল চৈয়াক্তি—

"মথবাই লৌবা" পুথ্রো শংলিংবদা শিন্নথরো।

(বিফুগোবামি জ্ঞান মাংবা মশা নিক্না মক লুক্না ফমথৈ)

বেক্রু—( মতম্তা মখি য়েংনা নিংথৌ মথোং ময়াদা চংদুনা )
ননাইবু লোইবা ইনিংথৌ। সনা খুয়া থাদা অতাংগী লৌখিংওমলিবা ননাইনা চয়ে ওক্ত য়েৎ, খুবাং চাংজৌ চেপনা লোন পাংথোই নিকপা লমচৎনা হয়া তেংথাজরিয়ে। ননাই ময়াং মচাগা মৈতৈ ঐথোইগী লাইনিং লিচৎতা চাং য়েংনবদা মাইথিববু হেক্তা হাৎলি মৈতৈ হাই-বসিদি কত্তেদা, হেল্লি হেন্দে হাঙবনু লৈবাক নিংথৌনা য়েংদুনা থবন-রবনি"— হাঙনা মীরৈবাক্কা লোনাইথগনি, মিংচৎ অথিবা ওঙগনি ইনিংথৌ! ননাই ময়াং মচাগী য়াইবী মথবাঙ্গৈভদি ( কিগাও শানা ) ননাইনা কিগাও শানা নিজরি। হাৎপা হাঙবসিদদি ওাকপিয়ু। অতোপ্পা বায়েল চৈরাক 'পবিয়ুগবা লাইনিংথৌ!

নিংথৌ—উম—বাকয় অসিদা লৈবাকী অওব অথৌ ভিজিবা লৈবাক মীয়াম্না করি পায়রিবা ?

সেলুংবা—সনা থুক্লিংনা পাম্বিবা মতুং ইন্না লৈবাকী য়াইকনবা শিনবিবদা ননাইশিংনা করিবু হলৎকগে ইনিংথৌ!

নিংথৌ—অহৃদি— মাইচৌনা হাঙজবা মতুং ইন্না ময়াং মচাবু হাৎপমক্তি হাৎপিরক্লসি। শিবগা পাংথকপা, মথম কোকথোক, গুয়ু য়াইঙং তৈ, থুনগোঙনবগী হোনবী ওনা, কৈথেন ১দা য়ুমিৎ ৭ নি থুনগোঙনরগা মানা ল্যকই হাঙবা ওাপ্রেয় চিংখেন লম্বীদা পুত্নুনা মওকথম লাকত্নুনা ইনথো। অসি থোক্রবা শিনখ্রো সেলুংবা!

সেলুংবা—লাইনিংথৌ! ( খুরুমগা )
অনংকিহাইরোই! ময়াং মচাবু কাত্নুনা পুরগা সনা য়াথং পাংথোক-উনবা "চৈরাক বায়েল কাটি লোইশংদা" শিয়রগো।

অনং—অওব! ননাইনা সনা য়াথং পাংথোকচগনি—
( নিংথৌবু খুরুমগা বিষ্ণুগোবাথি চিংদুনা— ) লাকও চৎসি।

বিষ্ণু—মাগো ! —মহারাজ ! ( কপ্নি )
অনং—ইমা—মা—থাংজিনে ।
সেলুংবা—মতকশম লাকতুনা হৌকউ ।
অনং—( বিষ্ণুবু মতক লাকতুনা ইনি ) চংলুনে—
বিষ্ণু—রাম রাম !
( কপ্নিনা পেজ্না থাংবা ইমা পুথে )
নিংথৌ—হঁা—হঁা—হঁা ( অতবশিং নোকখি )
মপান্দা মীয়ামা—মৈতে পোজৈরৈ লমদম কংলৈ সনা পুংময়োমা
মীয়াম—"মাইকরে" !!

**Light off**

মপান্দ মীয়ামা—হাংলো, হাংলো, লোইশল্লো !!
অনং—ইনিংথৌ সনা মথং হাংপা মাদে । লৈবাক মচাশা ভপথবিয়ো ।
নিপা ১মা—কৈ মচা য়োকপা তানিদা, মপু চাত্রিতৈ লোইশনহৌসে ।
ময়াম—চুম্মে চুম্মে ।
অনং—তুমিন লৈয়ো মুম মুমদা হল্লো !
চংলো চংলো ।

**Light on**

## ৪মা ঊৎপা

# "লমহাং"

উদ্ধব—( হাওবগী মথুং চিংনা থোরকতুনা ) লাওনে মরম্নাইতগী নত্তে, ব্রাহ্মণ ঐখোঙ্গি খৃাঙ্গীগী কনবা হোৎনবদা দশাসি তারিবনি। মীগী অরোইবা মতমদা হম্না য়েংত্রবদি ঐখোঙ্গি মী ওইবগী কানত্রে হাঙ্গবা।

হাওবা—কানতে ঐকা মৈতৈ মমামকা ঐখোঙ্গ থলকা শিতুনা তোকনি। মৈতৈ কম্না য়াপনি ঐকী খুম্না উফুন মকোক মথক্তা হাম্না ?

উদ্ধব—পংবনিনে পংবা "বর্ণানং ব্রাহ্মণ গুরু" থংদবা—মহামূর্খ ডাক্রি।

হাওবা—অপংপা লমসিডা লৈলম্নুসি "কুলু" কা চৎসি পামন লুনা তোপা লমতা লৈলুসি। সিতডি শিপনা হাননি।

উদ্ধব—করিগী শিনি ! মতম অতক কুঙ্গবা লৈরকপা মৈতৈ কনানা ব্রাহ্মণ হাৎলি হাঙ্গবা নং তাই ?

হাওবা—চুমনা লৈপতি মীমু কলিম্নু হাঙ্গপিতে। অা—থোং মচুম থকও, খুয়াতা মকোক থমও নেৎনা পানকে হাঙ্গপতি হুম—কনা য়াপিকতনো।

উদ্ধব—বেদ শাস্ত্র উদবা, বারি থংদবনা নং কাওবা য়ানিংত্রি ? ব্রাহ্মণগী চরণামৃত মরিক অমতং হেক কংজবদা পাপ পুম্নমক থ্যাও কোকুনা ব্রাহ্মণগী শ্রীচরণ্না শোকপদা সর্গ কংই—

নং থংদে তাদেনে ?

হাওবা—হুম—অচুপ্প ঐপু মৈতৈশিংনা শক থংপিলোই হাঙ্গপা থাজকতনে ?

( মপাম্বা পুং মথোন অমমুং মীয়াম্না নোকপা—

"হুংতাঙ্গয়ে, পেল্লি" নচিংবা হাঙ্গবা তাবদগী— )

উদ্ধব—য়েংউ লারে— লাও ঐখোঙ্গবু উথিনি লমজুনা য়েংসি।

( অনিমক লোৎম্নে )

(বিষ্ণুগোবামি— মাইঙং তম্ন তৈবা মকোক্তা উপা থেৎ, মখ্‌ৱাংদা—মাংকোম্না মমাংদা মাম মতুংদা তমশিং মামনা মমঙ্গল। [পুংজাও পো, মখ্‌ৱাংদা থোৱি খুনা চিংছুনা পুং মৈনা থোৱকতুনা—

নিপা ১বা—তাদবা তারো, উদবা উরো— মৈতৈ লৈবাক মাংননবা তৌবা মরাং মচা বিষ্ণুগোবামি কৌবা অসি কৈথেন মাপন তনা থুক্তোইনরে ওসিদি মানা লাকপা লম্বী ঙাপ্ৰুম চিংজেম্ম মঙকথম লাকতুনা ইনথুনি য়েংদোবা য়েংহৌরো—

(পুং অহল্লক মৈরগা বিষ্ণুগী মকোক্তা অমুক মৈ)

নহনকমদা হনথে: নভেকমদা ভেথো।

(মীয়ায়া লৈতুম থাজিলকই। বিষ্ণুগোবামি কপদা থাংথি। নিপা অনি লৈথোকতুনা থাংনা— )

নিপা ২ না—ঐথোঙ্গীদা পাম্মুনা মিৎ তাংবা তারেনে ওক্সে ওক্সে হল্লো চৎথোনে।

মপাঙ্গী মরায়া—ঐথোঙ্গীবু চৎলু হাঙ্গৈববদি নহানদোনা পুং মৈরগা কোঙ্গৈচোং অমুক্তা চোংহনথো নত্ৰবাদ শিনবা থায়নি।

নিপা ১বা—তোকও লেপপো চোংহল্লগে।

(পুং মৈবদা পুং মৈরে বিষ্ণুনা মখুৎ অনি থাঙ্গৎতুনা চোংই। থোৱি চিংবদা থেকুনা কোঙ্গৈনা চিংছুনা অগোঙ্গৈতনা চোং ফজবদগী বিষ্ণু বাবনা হাইথছুনা তাথে।)

নিংথৌ মনাই অনিনা—(পাঙ্গৈছুনা, থাঙ্গৎতুনা মকোক মখুৎ মথোং য়েংবদা প্রাক প্রাক তাবা উবদা— )

শিদোরব্রানে?

শিনিংঙা শিজো শিনিংঙ্ক্রগা তোকচো, চৎসি ঐথোঙ্গৈছুম বাবনা শিদোরে।

হোঙ্গ্রা লাকও। /

(হল্লা য়েংদা অনিমক চৎথে)

উদ্ধব+হাওবা—( লুমদুনা লোম্না মতক্তা লিৎথোক্লা খোঙ মেংলগা থোরক-
 তুনা ৰপনা— )

উদ্ধব—গুরুদেব ! ( কিনা হুমই, হাওবসু হুবই। )

বিষ্ণু—( চুংশা মপি হোম্বনা ) হুম—

( হৌগৎতুনা মথোং অনি শৎ তিংথোক্লা কমলগা কপতুনা— )

অঁা—নথোদৈ কনা কনা লাকই ?

উদ্ধব—( কপনা ) নমাহ ঐথোদৈ অনিতনি।

বিষ্ণু—উম—রাম রাম বাখ্রে—ঈশিং থরা পিথকউ।

উদ্ধব—( থাঙগী কোন জোথোকতুনা হাওবদা )

ঈশিং অকবা থরা পিক।

( হাওবা কোন পুতুনা চৎথ্রে, থাওগী চানবা পোৎচৈ পুথোকতুনা )

করি হাবা য়াগদবা—

( বিষ্ণুনা হয়াওনা চারি, হাওবনা ঈশিং পুরকতুনা থকই )

পোৎশিং অসি লৌথোকচরগে এংবদা য়াম্না চুংভাঈজে।

বিষ্ণু—পাপি চণ্ডালশিং অদুবু চৎথ্রবয়নে ?

উদ্ধব—ননাইশিং লোঙনা চৎথ্রে।

( হাওবগা লোঙননা পোৎ পুম্নমক লৌথোকতুনা, সেৎনা ইম্নবা কিয়োল পিরগা— )

থোংদৈ থরা থুনা লেংহৌসি।

বিষ্ণু—( কিয়োন শেৎ-ইম্না ) কদাঙদন্ত চৎলরোই ঐনা য়ুমদা কমলুক্লনা কৈদৌনি ? হঁা—হঁা— করিসু লৈত্রবা মৈতৈশিং অসিমসু ব্রাহ্মনবু থওঈজ্রবা ? কৈ নিংহয়গহ—অনৌবা আশাদা নপুক্লং চংউ। থবক্লা থরবা পাকলবা সংসার আসদা তৌকম থংদা কমদুনা লৈকম থোক্কে। পুক্লিগী অবা চুংঠাদৈ, অমম অতান্দা মতমনা কোংদোক্লকবা

লৈতে। ঐগী নাথোংদা তক্তনা তারি—"মতুকশম লাকভুনা ইনথো"

হুঁ— ঐবুদি নত্তে ব্রাহ্মণবু উশিং থওইদা ইলাই লাইনা ডাংবা ওম্মিবনি। ব্রাহ্মনগী তেজ লৈরমলবদি বা ডাংবা লোইকাব্রিতৈদা নিংথৌগা লোঙ্গননা মৈতৈ শ্রুমক "ভমকার" উৎ ওননগদবনি। হুঁ—কলিগী ব্রাহ্মণ! মথবাই পান্দগুম তুমিন্না লৈষু। ইকাঙ্গেগনু হাঙ্গে— খুংডাঙ্গ মাঙ্গকবগী খুৱাদা ভিক্ষা নিহুনা তেংবানবগী নোঙ্কম ওইহুনা হিংবা শারি? হুঁ।—হুঁ —হুঁ।.........

খানদে—নথোঙ্গ ঐগী ইতেং পাংতৌ। তাৱত্তা ব্রাহ্মণগী তেজ লৈরিতৈদা পিক্লবা খুদিন মমাঙ্গগুম দেশ অসিদা কন্নিগী লৈরোই?

কলি যুগকী তোইরবা সংসার অসদা ব্রাহ্মণগী তেজ উহনথিগনি। ঐনা মৈতৈগী বংশবু মুৎথৎহুনা মাংহনবা। ভবত্রবদি বিষ্ণুগোথাবি ঐ ব্রাহ্মণ নত্ত্রেদনা। নথোঙ্গনু তাহৌ—"হে সত্য সতানা শাক্তি ওঙ্গসু" পত্তি লৈত্রবা ব্রাহ্মণ ঐনা খাশক্লবনি। মীয়োন অমদা নত্ত্রে— মীয়োন অমগী "মৈতৈশিংনা ব্রাহ্মণগী খুৱাদা তুহনা হিংবা" হুমিং অহুদা—

ব্রাহ্মণগী লাইনিংগী শ'ক্ত
ব্রাহ্মণগী লোশংগী মগুণ
ব্রাহ্মণগী য়াশকী বায়েপ
ব্রাহ্মণগী শাপকী মহৈ—

মৈতৈশিংনা মমিং থিৎনা থিৎনা উজবা কংনি।

লাও ইতুং ইন্নু শ্রীৱাযগী নোংদম শিরে চংলে য়েংলগে জয় শ্রীৱামচন্দ্রগী! অনিনা—"জয়" (শাওনা মথোং দং দং থাংনা চংখে, অনিনা ইরখে)

**Light off**

***SCREEN***

# INTERVAL

## ২বা মতাং

## ১বা উৎপা

# "ফৈদা হিদংগী য়ুম"

মাঙ্গোলদা হাওবম সেলুংবা মোয়াদা কযহুনা লৈরমদগী হুংবিল চাঙৈবীনা ইমুংদগী থোরকপদা লৈমাই পক্লা খুম্মি—

চাঙৈবী—সেলুংবা!

সেলুংবা—ননাইবু কৌবিববু করি মনা য়াথং তাকপিগদবা ইবেম্মা?

চাঙৈবী—সেলুংবা! করি য়াবু ওঙৈগদগে? কোয়ৌ নোংশিং য়াম, লোঙ্গায় য়াবু ওন, অহিং লিক্লা থাংনা, হুংবিল মৈখা লাংনা মীগাইমুবীওম, কৈদা হিংগীদা য়ুমদাংনবু মুদা থোগন ইহৌশাবু লৈতনা, হকচাং অয়েবী ওঙৈনা করম নোংমলসিগে সেলুংবা?

সেলুংবা—মনাও ইবেম্মা! কংলৈ মৈতৈ লৈমা ইবেম্মা! ননাইনা হিকহাঙ্ক চিয়োঙনমা য়াকওচববু লাইয়েন মৈতিংঙু মনা পুক্নিং লোইবী চিংওম লেংখিয়ে—

চাঙৈবী—হঁা—কৈ সেলুংবা! করিগীনো লৈব.ইমা? কম্মুনে সেলুংবা!

সেলুংবা—ননাই মুম— থোগদ কথকগে।

চাঙৈবী—হুংগাঙৈতে কদো। কম্মুনে সেলুংবা!

সেলুংবা—ননাই ঐ— (কম্মি)

চাঙৈবী—কম্মু—ওসিদি ঐগী নিংজবা পুম্বা সেলুংবদা শেংলোক্তে হুপী য়ানি হাঙৈহুনা য়াচানদবা তৌগদ্র। ঐনা শাখি নামুংনা পুক্নিং শেংনা হাঙৈবনি ঐদি পাজল লোনবী হুপীচানিদো, অসিগী মথক্তা ইন্নিংথোগী মনা য়াথং

ইন্দবা ইভিকন্নু নত্তে। ঐনা হাঙৈগৌরিবা বাকম অসে সেলুংবা !
মী কনা তাহন খংহন্নবা মুপী হাৎপা শক্ক ওইবুকো।

সেলুংবা—চিংনবীন্নু মনাও ইবেম্মা ! ঐনা ভমজবা শক্তা, ইত্তক সনা খুম্মা খাদা কৎচনি।

চাঙৈবী—হাঁ—বাকমবুদি সেলুংবা নিংজবা শান্নিবা হাঙৈম্বনি—কন্নিগুম্বা ভাঙৈবং মপু শিৱবমা কুবিত্তুনা ইপান্নি কংজবা খোঙ্গবা সেলুংবনন্নু নমোম অমা কংজন্নবা ভাঙৈসেন্ন ওইন্তুম্না সেলুংবমা ইচাবু নিংথৌ খুবম কংনবা থৌরাংউ। লাঙৈবক থিত্তুনা ঐনা ইযোম কংলবা সেলুংবনা নপান্নি কংলবন্নু লৌন লৈনহনসি, ভাঙৈসেন ওঙৈ মন্নি মতা থোক্লা "নাপীগী মপান কৈনা ভাং কৈপী মপান নাপীনা ভাং" হাঙৈগুম্না ঐপী ইতেং পাংবিয়ু।

সেলুংবা—লাইবক কবনি ইবেম্মা ! মতম থন্নদি মরেনখিরো ঐনা ভমজবা হোৎনজা সনা য়োইকোনজুংদা লেংশন্নবা বৈতিংঙু সনা খুম্মা খাদা হজৎচখিগে।

চাঙৈবী—হজৎলুম্নু সেলুংবা। অচুম অয়াম্বি ইশানা খংবদগী মীতোপ্পা হেন্না থংকম থোক্তে।

ঐ লাম্দে—ঐনা লাল্লুত্তুনা ইম্নান কোক্লবা ওঙৈদবা অয়ানবা কয়ানা অচুম্বা শানবা মীপী খুয়াদা হাঙৈজনিংঙাঙৈ ওঙৈরেম্না সেলুংবা !

সেলুংবা—সনা বাপং ভাকপিবা অচুবনি মনাও ইবেম্মা ! অত্তবু ওসি শিনি পাওতাক্লবা, হয়েং শিনি পাওজেন্দবা নম্নু ভাঙৈবং মীওঙৈবনিনা ঊনবি পুক্লিং থুংনা শংলৌ থৌরাং ভমকদনা পানবা পুংনিলো ইবেম্মা।

চাঙৈবী—চিংঙু লাঙৈপী নোংমমনি— ম্নাইক ভানবদা পুক্লিংদি লাইরেককদে। ঐম্নু মা ক্লক চিন্না, পামেল ঊনা খাংবা পান্নমগুম, অথং অহৈনা হাঙৈবা মতম 'সি কাওবদি খাংখিগে। ফুংভাঙৈরে সেলুংবা ! পোথা-বিক্লয়ো—কাওদি কাওনহুসিকো।

সেলুংবা—ননাইগী ভোইনা থোগল কংজরগে। (খুম্না) ননাই হক্কথিগে ইবেম্মা!

চাঙ্গৈবী—করে সেলুংবা!

(সেলুংবা চৎখ্রে চাঙ্গৈবীস্থু চংখ্রে)

(কিজেৎ ওহোক্লবা মকোই শাংবা চোয়বা বিষ্ণুগোষামিমা চৈগুদা শৌদুনা চৎপা শা লমপোক্লবা চেং নিবা শাদুনা কেক মেংবা চংলকই)

বিষ্ণু—(থোৱেমনা) অহম—হয—মূমসিবু মী লৈবরা? চেং নিবা ভিক্ষা লাকহরে।

চাঙ্গৈবী—(থোংবা নামা কাংনা মূনা য়েংলমলগা হক্কনথিদুনা চেং থরা পুরগা থোরকদুনা—চেং হাপকে ভোবদা বিষ্ণুনা থাও য়াদনা মূৱা য়েংদুনা লৈবা উবদা—)

কদাইদা হা'প্ত্রগে? য়ারোদনা—

বিষ্ণু—দেবী! নংবু ·কনানো?

চাঙ্গৈবী—ভরাচেং নিবা লাকপা নংনা ঐবু হংবদি করিগীনো?

বিষ্ণু—মূপী ওঙ্গৈবীগী মণ্ডণ পুম্বা লোৎদুনা, মপুরোঙ্গৈবা কাঙ্গিনয়বী সাবিত্রি, সিতা, মন্দোদরি, তারাগুম লৈকমগা নগুণগা চানদনা মতমগী পনথেং থাংগুবী অতৈবা কনানা হংনিংওই?

চাঙ্গৈবী—ঐবু হংবদি লাইরি, বাডাং খুদিংবা মীয়োম্না নয়োন শান থেং, বাহৈগী নাচোম শেমনা ভাংলম্নিবা লমপোই লাইবু নিংবা নংদি কনানো?

বিষ্ণু—ঐদি দেবী দেশ অসিদা লৈবা ব্রাহ্মণনি। পোক্লকমদি মীয়েবাকনি।

চাঙ্গৈবী—অসিদা লৈরগা ঐবু করিগী থংদদুনা হংলিবা?

বিষ্ণু—ঐ লাকপা কূইদ্রি।

চাঙ্গৈবী—উম—ঐদি লৈবাক অসিগী মবেম্মা কংলৈ মৈতৈ লৈমনি। মৈভিংগু নিংথৌরেনগা কেনা ভোনদুনা, ঐহাক অসি ইনথোকদুনা পাওনম হিরেনগী

মমাং মনাই কৈদা হিদংগী যুমসিদা, ইনিংবোনা সনা পুক্লিং শাওবা কল্লিবা মখে থম্মু হাঞ্জিহুনা লৈরিবনি।

বিক্রু—ওঃ লৈবাক অসিগী মহারানি। প্রনাম দেবী! (থাও য়াহুনা) চেংদো হাম্মিয়ো। (চাঞ্জিবীনা চেং হাপলবদা)

মঙ্গল ওঞ্জিবিয়ু রানি! আয়ুষ্মন! মতম শাংনা হুংঙাঞ্জিনা পানবিয়ু।

(চৎলি)

চাঞ্জিবী—(থাথয়হুনা ইমুং চংগে ত্তোবদগী থুনা লৈখোয়কতুন—)

হে লমপোইবা ঙহাক্তা ঙাঞ্জিবিথো।

বিক্রু—(লৈশয়কতুনা) করি হাঞ্জিবগে?

চাঞ্জিবী—অমুক্তা হয়কথো।

বিক্রু—(চংলকহুনা) করিনো?

চাঞ্জিবী—(মোড়া থাহুনা) সিদা ঙহাক্তা কম্বিয়ু।

বিক্রু—(কমহুনা) করিগীনো?

চাঞ্জিবী—হে লমপোঞ্জি লাইবু নিংবা নহাক্তি মীওঞ্জিবগী অমম্বা পুন্সি থোংচৎপু লমজিংহুনা চৎলিবা মরম কয়াবু থংলমগনি। ঐ অসিবু মীওইনা পোকপগী য়াইক মুংচাঞ্জি শরুক থবদ ওঞ্জিরবনু থংনিংঙাঞ্জি লৈত্রবরা অমুক্তদি য়েংবিরম্মু। মতিক চাত্রবনু ঐনা ঙমজবা কৎচগে।

বিক্রু—য়েংগে য়েংগে ফিদা অমা পুরকতুনা নিংথিনা কল্লোলাও।

(চাঞ্জিবী ইমুংদা থুনা চৎথিহুনা ফি-অমা পুরক্লগা বিক্রুগী মাক্তা থাহুনা কয়ে)

গণিত শাস্ত্রগী মতুং ইন্না কুপনা য়েংবদি মতম চংগনি নোংমা য়েংবিগে ঙসিদি থুৎপাক ময়ি অদু য়েংগে কদাই থুৎ ত্তিংথোয়কউ।

(চাঞ্জিবীনা মথুৎ থুৎপাক ত্তিংথোকতুনা বিক্রুনা পাঞ্জিনা থুৎ অনিমক মুয়া য়েংলগা—)

উম—কাঞ্জিনবা কৈ নত্রবদি নিপা সোঞ্জিদনা শিনি।

চাঙ্গৈবী-( রানা ) মরম অহু থংনা মৈত্তিংঙু নিংথৌরেম্মা তাহোয়রুবরা ? ঐদি অরেবদা মাংজবা তাগ্রবা ?

বিষ্ণু—বাথিহু রানি! মপোক মরি কমনবনা মহারাজ কাওবা মায়োক্লনা লৈবা ওমদবানি। নজা ইবুংঙোগী মপান্নগী রাজবাড়দা হঞ্জন্দুনা পুম্মক্লা নথা পোম্মা লৈহুনা স্থুংঙাজৈনা পানখিনি।

চাঙ্গৈবী—ঐদি ইচা অমত্তা পোক্তে। বাকম অসে অথং অহৈশিংনহু হাঙ্গৈ অসিবু করি মরাল লৈহুনা তৌবনো অমুক্তা মুম্মা য়েংবিয়মু।

বিষ্ণু—পোকওই মহারাজগা পরুদে। নিংথৌ আসগা হবেম্মা নংগা মচা পোকউ হাঙ্গৈবা লৈত্তে।

চাঙ্গৈবী—অহুদি মপুলা করি ঙৈরাং থৌরম কৎচরগা অকাঙ্গৈবা কত্তবা লৈবা পুম্মক কোকতুনা ইচা কংজগদগে মরম অহু তাকপিয়ু।

বিষ্ণু—মরম আসদা দেবীনা রাজবংশ অসিবু মুৎহন্দা অচৌবা মীথোই মী-হেনবা বংশ অমা ওঙ্গৈহাম্নিংলবদি মমাংঙৈদ। লাইওয়া পাত্তিব্রতা ওঙ্গৈবী সতীশংনা মরৈবাক অমাদ মাগী বংশবু কনাথিবগী ধর্ম্ম গ্রন্থ বেদ শাস্ত্র পুরান কয়াগী বার পুক্নিং রায়া শেংনা তাহুনা নোল্লুক্লা থবাঙ্গৈ রাওনা ঙৈথরগী চরন্দা চংজবা তাই। ওমলবদি সোঙ্গৈদনা পোকনি।

চাঙ্গৈবী—থৌরম অহু পাংথোকচব। ওয়বা শিনাবয় ঐগী লৈজবা পুথা কৎচগে।
( খুরম্নি )

বিষ্ণু—হোগৎলু দেবী! হৈ অমত্তং খিক ঐনা পিজবা পোৎ অহু চায়গা পুক্নিং শেংহই শেংদে থংগনি।

চাঙ্গৈবী—অহুদি করে পিজরো হৈ অহু লৌরুথিগে।

( থুনা ইমুং চংথরে কোমলা অম। পাঙ্গৈহুনা থোরক্লগা )

হৈদি কোমলানে? হৈ হাঙ্গৈবহু অলিনা রাগত্রা?

( লম্পোঙ্গৈবদা পিবা )

বিষ্ণু—(লৌদুনা হৈ অছু পাঙৈয়গা লাইবা শোন্দুনা থোক্লগা মতুং অমদা অমুক শোন্দুনা কাযলগা চাঙৈবীদা পিনা— )

ইবেম্মা! নংনা নচা পোকে হাঙৈরবদি হৈ অসি নপুক্কিং শেংনা চাও।

চাঙৈবী—( লৌদুনা চিংনরপ চাই ) ই—ই—ইস!

এঃ সিনথেদা—কোমলানবু অদুক শিনবা?

বিষ্ণু—হাঁ—হাঁ—হাঁ—চিংননা কিনা চারেদা? সে নয়াহ্নকাথোকত্ত ইথুৎমক্ল ইনবিগে। ( হৌগৎতুনা ইনবী )

চাঙৈবী—( বিষ্ণুনা ইনবা চারগা পুমডাও ভাওনা )

হাঁ—থুমথেদা—অদুক হাওবা কোমলাদে?

বিষ্ণু—( চাঙৈবীগী থুজেং পাঙৈদুনা— )

সে—লোঙৈনা চাথোকও ( ইনবী )

চাঙৈবী—( চাদুনা অডাও অকৈননা— )

## ঙৈশৈ:—

থোঙৈয়াং হৈনিদা চানবা হৈমিদা
'সিবু থোঙৈনা হাওবা হৈদি'—(২) —হাঁ—হাঁ—হাঁ—
( কপনা ) হৈয়াং মক হন্দুনা ভাওজিং মক পল্লগে
'সিবু থোঙৈনা হাওবা হৈদি—(২) ইমা!

লোল—অপোকপী! পলেমগী থোমলাং মাথোক্লদা হংডা নাওকপল্লিদৈ—

( থোইনাঃ থেকনা, কেনা অগোঙৈশু চৎলমলগা হিক্না, কপনা ভাংবা ওমদা বাহরে। বিষ্ণুনা লাঙৈকহে।)

**Light off**

নিংথৌ—নখোই কনা কনা লৈ ?
নিংথৌসেনবা—সনা য়াথং ভাকপিসি লাইনিংথৌ ! ননাই ঐখোই সনা থৌগল কংজরি ।
নিংথৌ—চৎলু লোইশং মচা থাজনা ইপু মাইচৌ খোংনাংথাবা হৌবিকুক লাকপিদবা য়াদে হাইক ।
নিংথৌসেনবা—হঁনিংথৌ !

## Light on

## ২বা ঊৎপা

# "সনা সঙ্গাই মাঙোল ফমদেন"

নিংথৌ সেনবনা নিংথৌগী কমকম নিংথিনা থারি, থোম্বুম, খুদৈসেন কাওসেন, চোইনৌ সনানা শিংলেন লৈরোং শাবা থোঙ্ক ফুংজৌবগী হিদাকফু, থাপি করাংজিনা ভোংজৈ নাম্নিন হুইনা চোইনৌ সনা থোবা লৈতেংনা, থুদোং ভাভক হিদাক হান্না থৌগলগী ভাইরি ।

সেলুংবা—( থুকউ লৈতানা মকোক থোন সনা য়াথং ভাজৈনা লৈরি । )
নিংথৌ মহুংদগী—সেলুংবনা হাজীরবা য়াকমদো ঐস্থ থম্বা নত্তে। মাতা মাংজবা নত্তা নিংথৌ ঐগী কত্তবা ওজৈবা লৈবাক মীয়ামগী অমাংবনি। ইদোমতগী থজুনা সনা য়োইকোনজুংদা কয়া হেক পুশিরি ? চিংজুগী নোংদমথোন য়েংসি— ঐথোজৈগী লৈবাকী মাইচৌশিংগী মতিক মরাই

থংদোকতুনা মথোঞৈগী মৱা তাখিসি। ইপু থোংনাংথাবা লাক্লি—মীগী অয়োনবা নিংথী থংবা ভুমলিগদবা, য়েংগে চৎলু সেলুংবা কনা কনা থংহন্দনা লোয়া পোৎশক অমতং লৌকয়গা মখুৎনা পাঞৈহনা থম্ ।

সেলুংবা—ইনিংথৌ! ( খুরুম্না থোকথে )

( নিংথৌসেনবনা থোং হাংদোকতুনা থৌগল তৌনা চৎপাঈরোংবা থোরকতুনা য়াথংবা কয়কয়লাংবা কমদে নিংথৌসেনবনা খুরুম, হিদাকপু লানশন্দুনা খুদোং কাপ্লিঙৈ সেলুংবা চংলক্তুনা খুরুমলবদা— )

নিংথৌ—করি পাঞৈরে সেলুংবা ?

সেলুংবা—লাইনিংথৌ চেক্রুক মতাং অনিসি পাঞৈজরে ( উৎলি )

নিংথৌ—করে চেৎনা পাঞৈয় ।

অনং—( চংলকতুনা খুরুম্না ) মৈতিংঙু নিংথৌরেন অথোঞৈবা ! সনাথোংবা ননাইশিং মাইচৌ থোংনাংথাবা সনা থৌগল কংজগে ঙাঞৈজরিঃয় ইনিংথৌ !

নিংথৌ—চংহল্লকউ ।

( অনং খুরুম্না থোকথরে। নিংথৌ হিদাকপু পিহুনা নিংথৌসেনবনা খুরুম্না লৌহুনা থমথরে )

য়েংসি সেলুংবা। লাইগী নোংদম হাঞৈবা অমা তোঙাম্না নৈতে মানা মানা তৌজবগী মতুং ইম্না অক-কত কংই হাঞৈবগা মানা মানা কয় কয়া হোৎনজুনদ্রু ময়াইবকা লাইনা নোংদমথিকনা মহেক্তি হাঞৈবসিদা কনানা চুবা ?

( থোংনাংথাবনা মাং থা থ্বাই কেক্রুনা তুংথং চংলকপদা— )

চংবিরকউ ইপু ! ওঃ ইপুম্ন লাকপিরি ।

থোংনাং –( খুরম্বা ) লাইরেন কোরৌ ইনিংথৌ মাইকবা ! ঙা খুরাখাদা নপুনা পুনেমজরিয়ে ।

কেক্রু – লিক্লাই ভাইবঙ সারারেন নমু পোংহনবা ! ননাইসু ঙা থৌগল কংথৌ ভাকপিবা মাবগী ফিজি পাঙৈনা হৈনা তুং ইঙ্গা ঙা খুম্না থাদা চংজরবা ননাইনে ইনিংথৌ ! ( খুরম্নি )

নিংথৌ – হুংভাঙ্গৈরে ইপু ! ইপু খনিনা লাকপিবা নিংথৌ ঐগী মাঙৈকবনে ।

থোংনাং – ইনিংথৌ সনা পুক্লিংদা করি খনবিবা লৈদুনা ননাই ঐবু কৌথংপিবগে নিংথেম ?

নিংথৌ – ইপু ! নগুনা চহি ২৫ শুবদগী ঙা কথাল কমদুনা, পোঙৈরৈ মৈতৈ সনা লৈবাক্তা নিংথৌ ওঙৈরকপা, চিং তম পুম্না কংলৈ পুংময়োন মৈজ্রবাকপু ভমথৈ লৈমাং কাঙৈহন্বা ভসি কাওবা ইপা ইপুশিংগী, থোজুপ – জি, চৎনা লিচং ভাক্লা লৈভাক লৈকল্লকপনি অদুবু ইপু ঐগী মং হা অসি মায়া হুংভাঙৈতে, চিংনবা বাথয়া পুক্লিং লৈভানা লৈভমদ্রে। ঐথোঙৈগী লৈবাক অসিবু – “নিংবা বাথন” অসিবু থংবা ভবা মীশক লৈরিগদরা – ইপুগা ভানজগে কৌজবনে ।

থোংনাং – মৈতিংঙু, নিংথৌয়েন মাঙৈকবা করিগী লৈতদগে ইনিংথৌ !

নিংথৌ – অদুদি ইপু কনানা থংনি ?

থোংনাং – সনা নাক্তা থৌগল কজরিবা ননাই থ্বাই কেক্রুসু থংগনি ননাইদা সনা মাথং ভাকপিও ।

নিংথৌ – উম – ইপু ! ঐনা নিংলিবা বাথন অসি করি নিংবগে অমুক্তা হাঙৈয় ।

কেক্রু –( খুবম্না ) ননাই হকংচাগে ইনিংথৌ ! ( নিংথৌ য়েংদুনা ) হুঁম শিদবা মপুয়েন ! ঈনিংথৌ সনা পুক্লিংদা নিংবিবদি – হৈ অখুবা

অহুমদং নৈদয় হৈ অমদ নমাই ঐঙোম্বা পীবিগে হাঙ্গনা নিংয়ে, হৈ অমদি ননাই হাওবম সেলুংবদা পিবিগে হাঙ্গনা নিংয়ে, হৈ অমদি মনাও ইবেম্মা মুংথিন চাঙ্গবীদা পিবিগে হাঙ্গনা নিংথিরিয়ে ইনিংথৌ !

নিংথৌ—থাকম অদো ঈপু ! নিংথৌ ঐঙোম্বা অঙকপা ওঙ্গরে।

কেক্রু—ইনিংথৌ ! নঙ্গওয়বা য়াম্বা চিংঙ্ খোংনাংথাবদা সনা য়াথং তাকপদা ননাইদা সনা য়াথং তাকপিহুনা থোজানবীরেদো। ননাই সেলুংবদা মনাইগী ইভিক য়েংবিগে হাঙ্গনা সনা য়াথং তাকপিবা—

নিংথৌ—উম - ঐদি কাওবু কাওথোকউরে - সেলুংবা !

সেলুংবা—( থুরমা ) লাইনিংথৌ ! ঐনা পাঙ্গরিব অসে ঈপু খাঙ্গ কেক্রু করিনো ?

কেক্রু—পাঙ্গরিবা অদুদি চেংক্রুমনে, চেংক্রুক মভাং অনিদুগী মমুংদা তিল অমা য়াওরিবা অদুদি সেলুংবদি থংলিরোঙ্গ ?

নিংথৌ—( কিনা ঙককুনা ) চুথঙ্গ—তিল য়াওব্রা য়েংউ সেলুংবা ?

সেলুংবা—( পাঙ্গরিবা অদু থাদোক্কনা য়েংলগা মমুংদগী তিল লৌথোক্কুনা )—য়াওরে লাইনিংথৌ ! চেংক্রুক অসিগী মভাংদা তিল অমা মমুংদা য়াওরমলে ইনিংথৌ !

নিংথৌ—অঙকপা ইপুনি ! ইপুনা হাঙ্গবা অসি চুমলে। ইপুদি মৈতৈ লৈমগী য়াঙ্গকনিংঙাঙ্গনি, মুংঙাইরে ইপু ! ঐথোঙ্গগী কংলা পাওতাক হিদেন [illegible]সিনা কোনবা লম অসিদা করি করি তৌগে হাঙ্গনা ঐনা নিংই ?

কে[illegible]শিদব শিদব ! ( মমিং উথিন্দুনা লুকথক্করগা ) শিদব মপুরেন !

( নিংথৌদা অমুক খোংনাংথাবদা অমুক তঙক য়েংনা লৈরে )

নিংথৌ—কৈদৌরে ইপু ! তঙক তঙক য়েংনা লৈবদে ? থংবা ঙমদবরা ?

কেক্রু—ইনিংথৌ ইবুংঙো মাকবা! সনা মাখং তাকপিবা অসিদা, করি করি লৈবা য়েংবিগে হায়রনা, সনা পুক্নিংদা বাখল্লবিরিয়ে?

নিংথৌ—চুমহ্নি ইপু করি করি লৈবা ঊবগে য়েংউ ইপু?

কেক্রু—ইনিংথৌ! মাকম অসিমদি ননাঙদা সনা মাখং তাক্‌পিগনো—হৌখংপদি মাদ—অকিবা মানে ইনিংথৌ!

নিংথৌ—কিগনো ইপু! চিংনবা লৈত্তা হাঙ্‌জাও ইপু!

কেক্রু—ননাই ঐখু হঙ্গৎচৌ হাঙ্গনা তাকপিররনিনা—পাঙ্গমা থেনবা নমাঙ্গ থকসি কারন চম্না সনা খুম্নাদা ননাঙনা অকিবগা লোঙ্গননা মাহৈ থরদং হঙ্গৎচবা নংদা তাকপিহৈবা লাইনিংথৌ! ননাইগী অয়ান অপোঙ্গ পুথা তাকপিও ইনিংথৌ! ননাঙ্গ কৈদা হিদংগীদা য়ুমদাগ্নিবী মনাও ইবেম্মা কংলৈ মৈতৈ লৈমা ফুংখিল চাঙ্গবীগী সজাদ ফুংদা নিপা মশক ওম্মোকপা অমা লৈয়ে ঐগী লৈবাককী মী নত্তে ইনিংথৌ!

খোংনাং—ওক্রে ইনাও! মা নম্মো সনা সজাই কমমাংনে।

(থাথখি)

নিংথৌ—ঊম অহুদি ঙ্গপু হৌজিক য়েংলুবদা লৈরমগদরা?

কেক্রু—লৈরমগনি ইনিংথৌ!

নিংথৌ—কৈ—লৈরম্মবদি করে, লৈরমদবা থোক্লবগ্নি—"ইপু কেক্রুদি চেকপী লোই খা নথুাং থৌরি থাংনা ফুংজাও পুক্ষুগ চকপি ইরেল শিংজংথোং ইহুংদা অড়াং ওনবা তাইদো?"

কেক্রু—ইনিংথৌ ননাই ওনজগে।

নিংথৌ—সেলুংবা!

সেলুংবা—(খুম্না) লিক্লাই ইবুংঙো ইনিংথৌ!

নিংথৌ – হৌজিকমক মীয়াম পুক্লুনা কৈদা ছিংগী মৱমবু কোঙ্গশল্লুনা কাক চংলু। চংলো সেলুংবা নিংথৌ ঐগী ইভিক থংহনগে।

সেলুংবা – লাইনিংথৌ! (থুরমগা চংথে)

নিংথৌ – (খাওনা ফুক হৌগল্লুনা) সেলুংবা! দৈরক্লবদি মীশক অদুগা লাঙ্গ-বীগা মথুং ফুংগুন লাক্লা ইন্দুনা ঙরকউ। (মীয়ামশু হৌগংলি)

থোংনাং—সনা পুক্লিং ভগথবীয়ো য়াঙ্কবা নিংথেমও! অশাওবনা খুদুম চন্দুনা ভাঙ্গবং মীগী খুজিনকম ওঙ্গরবা মাংনবা লাংদা ভাগনিয়ে। নাম্বোকপা মরাত্রবা মতমগী থোংদৈনে—সনা হাকতজগী মীতম লাক্ল নত্তবা লমচংপু চংতুনা পারি পুরিবু মুথংকগা ঐগী ঐগী সনাই হোংনা মীরৈবাকী মীতৌ তম্বনা চাওথংলে য়াঙ্কয়ে ব্রাথরয়নি। নোংচুপলমদগী বাযোম্না বায়েন থৌদানা পান ভাঙ্গবং মপুরেন শিদ-বগী মিংথৈরেন থাদোক্লা নবুথৌ সনা, পাথংবগী খুভম মুথংতুনা লাইনিং লাইশোন মাংহল অনৌবা লাইনিং লিচংনা মৈতৈগী অৱাবা ওঙ্গরনি। পুম্না পুম্বা থোমলগা মৈদা থাক্লুনা মাংহনববা নোংথুং ইরুপহল্লুনা শরি বারৈপহনখ্রবনি। ভিনথোং লাইথোং থিংক্লুনা অনৌবা লাইগী মিংথৈ শোন মৱংগী পারি পুরিদা তাং মৈতৈ দৈবাক মীয়ামদি অনম হানম চুরনি। অশুয়া মৈতৈ দৈবাক মথক মথা ওন মীগী মীনাই নাইথাং ওঙ্গনা পাল্লে লায়ৈ লাখুপ কৌবদি অসিনে থংও নিংথেম!

নিংথৌ—ইহাক থত্তগী? নিংথৌ ঐ দৈনা দৈনা ইরৈবাক ঊরুপচাবু মীগী মীথা পোন মীনাই নাইথাং শানা পাম্বা খুত্তা থাংলেন খুংগু পাইনা বাইরা শাথোং অরুখা ছয়েল লানথোং অচৌবা কয়া কয়া থেংনক্লুনা থা বাং নোংপোক নোংচুপ ঙাকপদি অরেবা তা, মৈতৈ পোঙ্গরৈ লমদমনা মীথা পোল্লুনা অৱাবা ওঙ্গনবা ওঙ্গরে? হাইরু

ইদু! নিংথৌ ঐগী কয়ি বায়েল চৈরাক শোঙ্জহনা মৈরবাক্তা কিবন অহু ওঙ্গদৌরিবা?

থোংনাং—বারিনবনা কানররোই নিংথেম! ঙসি কৌবা নোং কাওবা সনাহাক-থকী অরিবনা অনৌবা ওঙ্গহয়েং কৌবা মনোং শোঙ্গরবদগী অনৌবনা অরিবা ওঙ্গথ্রনিয়ে। লৈবাক্কী লাকয়েন ঙমদাই বাদি ইনাওশিং থেংগ্রা, কমেং কদিবা, থুরথুন ভেপিপা, থোংহি মাইপা, লাংকোন লুথোই বাংঙু বাজি ঐথোঙ্গ সলাই ভরেংকী মাইচৌ ভুনা কম মতমগী থোংলৈবু লাদা য়েক্কনা থনমগে। ঐথোঙ্গনা থুপথ্রবা মতুংদা—চক্কী মতুং ইন্না মতুংগী মীয়োম্না কোঙ্গনা পুম্না থিরনিয়ে নিংথেম!

নিংথৌ—অহুদি—ইপা ইপু চৌথিবা নিংথৌরেনশিংগী ম্না হাকতক্কগীনা ঙসি কাওবদা নোংচুপলমদগী লাকপা মম্নাংচা পূম্নমকপু চংজকম পিবীহনা মথোঙ্গগী হৌরককম শাংকম য়েংদবা মথৈ "মৈতৈ বাযোন" হাঙ্গনা মরৈবাক্তুম লৈহল্লিবা অসিদি কৈ মচা য়োকপদা ভারে। তাঙ্গা কংবদা মপু ভুম্না চাগে থৌরাংবা—হাঙ্গবীয়ু ইপু! নিংথৌ ঐথোঙ্গনা ইরাননং বাজবতা নত্তা, মীতৈগী লিচৎপু পুম্নাং মাংবা মতারব্রা?

থোংনাং—হে ম্নাইকবা নিংথেমও! পুম্নাং মাংহনবদি মতিক ওঙ্গদেয়ে। সনা হাকথক মতুংদা মীতৈগী পাম্নি পুরি থৈবিকপু মাংহনবা নোংসা নিংথৌবু মমা সতুং লৌচাওবীনা পোকপা মচা কৈগী নিংথৌনা নোংপোক লমদা তানথোক্না নোংসা মথবাই মাংনিয়ে, মীগী মীচৈনা লৈবাক অবাবা নংনি। অতুগী মতুংদি—

তোং তোং তোংক্রুম্বা
চক্রিক নাক্রিক চবাঙ্গবা
লাই মরোন মচিন থি
থাদোঙ্গ কৌইদা তেম্নু তেম্নু
মতোন ম্না চি চৌ॥

(কপ্পা)—চি লাওনা উচিন নাচিন চৈচৈহ কুমলাং কয়াগী তুংদা চেৎনা য়াঙ্গবা খোমদোনশিংনা মাংভাকথুবা পারি পুরি তিনখোং লাইখোং খিজাং পা—থংবনা মা য়োইকোনচুং চংনা মীতৈগী মপা মচা শাগে ঈলুপ নাইনা মীতৈগী লিচৎ অরিবনা নোনা হঞ্জিন্দুনা বাযোনগী লাই তিল তানখোক্লগা মীগী তমজবা কিজেৎ চাকচা লাইনিং লাইশোন খৈবিক তোক্লা মাগী মাগী খুনকমতা চুংভাইনা পালগনে অম্মা পুক্লিং লোশিং ওঙ্গল্লো নিংথেম।

নিংথৌ—খোংভাই মতম অরেপ্পদি ইপু! করম্বা মতমদনো?

খোংনাং—হাং-হং—চুংশিদা নিংথেম! তুংগী মীয়োনগীদমক ইত্ত নিংথেম্বা মা পুক্লিং খোঙ্গদাবীবদে। তাবিয়ু ইনিংথৌ নপুনা মা খুমা খাদা হঙ্গংচবা—মতম অদো চকী মচুং ইমা সোঙ্গদনা লাকখিনি—খা-কাঙ্গনথংদা খোংভাঙ্গ মতম অরেপ্পদি—

কে কেকু মোইলাং কেকু
নচা নম্বা সভাই নম্বা।
য়োৎকী পোৎলোই লাইগী সমচেৎ
লুপাক মথুম নাইদে
তমং খুম্বা ময়োন খোকলোইদে।
ইতাখোই কৈথেলগী উকুনা
কু কু খোংলনি
মা য়োৎপি চকুপ মানবী চকুপ চকাই।
সোবা, কৌবা, কামমেকে কামমেকে
অকাতে অকাতে উইনা নিরে।

মতমগী খোংদৈ য়েংহুনা অমুক হন্না চুং কৌবা মাকা-পুং'সিদা—ঐখোঙ্গ মাইচৌ তরেৎ উনগে ভাংনবা বা কোংনগে

লৈবাক মন্না ভপনা, অরিবা খুকম হনচিন অমুক হন্না অরি·অনৌ শেম মহৈ মরোং চুমবু তাওচিং মশিং কাহনা লেমবা মহৈ মাঙ্গলনিয়ে। শিদবা মিংলেন শোন্না চীঙ্ নোংদমখোনবু শিন্থাজা, মাইবী খোংহৌ বাইথুংকম খোয়ুম লাইবু নিংবদা ভানকবোইয়ে নিংখেম।

নিংথৌ—হু·ঙাঙ্গয়ে ইপুনা ভুংগী মাইকা পাওতাকপু তাকপিবদে। ইপু! নত্ত ঐনা মৈতৈ লৈবাকী নিংথৌ ওঙ্গহনা লৈরাক ঙাক শেনবদি ইরৈবাক ঈরুপচাগী কত্তবা ভৌবা, মাংননবা ভৌবা, য়েক্ল কল্লক থৈবিকপু লৈভনা মাংহন্নবা ঙম্না হাৎকনিয়ে। অহনা ইপু!

খুল্লাকপা মঙ্গংলা—মীতৈ নিংথৌ লাইওইবনা!

হাওয়াম—য়াইফরে!!

নিংথৌ—করিগী মীয়াম মখোয়ো? (ময়ামন্থু ঙক্লা য়েংই)

অনং—(চংলক্তুনা খুরম্না) মৈভিঙ নিংথৌরেন অখোঙ্গবা! ননাইলা য়া খুম্নাথাদা ভাংজা লুরেন নোম্না চংজরিয়ে লাইনিংথৌ!

নিংথৌ—করিনো অনং কিহারোঙ্গ?

অনং—ননাঙ্গ—বাঙ্গখোং খুল্লাকপনা ননাঙ্গশিং চীংমী মীয়ামগা লোঙ্গননা স্না খৌগল কংজগে ভাঙ্গজরিয়ে ইনিংথৌ!

নিংথৌ—মলোম চংহল্লকউ।

(অনং খুরম্না খোকথে। নিংথৌ হায়ঙম কমকমলা চংহনা কমখে। অতৈস্থু মাগী মাগী মকথদা কমহনা স্না খৌগল ভৌখ্রে)

নিংথৌ—খুল্লাকপা! লাওও চংলকউ।

খুল্লাকপ—(চংলক্তুনা থাম্লপনা খুরমহনা) হে মৈতৈ নিংথৌ লাঙ্গওঙ্গবা চিং ভমগী মপুও! ননাই হাওবা অপংবনা খুরমজরিয়ে।

নিংথৌ—খুল্লাকপা নংদি মভম কূইরে লাক্তবা, অহুগীদমক ঐনা মৈতৈ

লাল্মী থাবনি, নদোম লাক্লা, নংনা ঙসি নংগী চৗংবী মীরাম পুনা কায়কপদি কয়িগীনো ? নংনা কয়ি পাম্মি।

খুল্লাকপা—ননাই ঐগী ননাই হাওহুবীদো শিরক্তুনা সনা থোগল লাকপা ঙমদবনে। হুপী লৈতবা হাইবসিদি নিংথৌ! লৈত্রপা খংবিনি—অাঁ-(কপ্পা) ইকাই অকি খংদেদা নিংথৌ!

নিংথৌ-ও: —কপকহু কপকহু—খুল্লাকপী থৈরবোঙ্গরে! হুংশিদা খুল্লাকপীদো।

খুল্লাকপা—হুংশি নিংথৌ হুংশি। ননাই হাওহুবীদো পাম্মুথেদ্রা, মতুং ইনবা য়াদবগী লৈবনে নিংথৌ!

নিংথৌ—উম—শিগদবা ঙাক্লিদনা খুল্লাকপা অকোন অহানভনি। বায়হু খুল্লাকপী অমা থিদি। কয়িগীনো খুল্লাকপনা চৗংবী মরামবু পুরকপদে?

খুল্লাকপা—ননাইগী শরুক চহি কুমজাগী লোইহাবা শোঙ্গরিঙৈ, ননাইশিং পোইত্তেনে, অকাম হাওনে লুসনে কাংলুপ অহুম অসি লাক্তুনা—"ঐথোঙ্গী ইপা ইপুদি মীতৈনা লোইচনবা ঙমলমদবা হাওনে, মীতৈ নিংথৌদা লোইহারমুসি" হাঙৈনা হৌরয়ে। অদুগা ননাইনা শাওহুনা লোই থৌবা লাকপা নিংথৌনা থাবিরকপা লাম্মীশিংগা ঐগী চৗংবিশিংগা চত্তুনা হুমিং ঃ (মরি) নি লান থোক্লবদা ঐথোঙৈনা ঙমহুনা—"লোই হাজরগে ননাই ওঙ্গজরগে" হাঙৈনা কাংলুপ অগী চৗংবীনা মাগী মাগী—শায়ু মরা ২০ নে থাং মপু ৭ নে ভামপু ৭ নে কিবোং ১৮ পুথোরক্লে। অদু ওঙৈরবদি—"ঐগা লোঙৈনহুনা কোচংদা থিললো"—হাঙৈহুনা ননাইশিংনা মাগী মাগী লোইপোৎ পুহুনা হ্মাকোহুং ভাননা থিললকপনে।

নিংথৌ—উম—হুংঙাঙৈরে খুল্লাকপা অতৈ বায়ি শাথিসি ঙসিদি হনগ্রুহুং। সেলুংবাহুবু হজিক কাওবা লাক্তিব্রা?

সেলুংবা—( হাথুনা চংলক্তুনা থুরগা ! ) ননাই য়োৌজরক্লে ইনিংথৌ। সনা য়াথং ভাঙ্গজরিবা ননাইদে।

নিংথৌ—কমদৌরে সেলুংবা ?

সেলুংবা—সনা য়াথং মতুং ইন্না—সনা মাংদা কৎচগে হাঙ্গবা ় পুখৎচরক্লে।

নিংথৌ—( শাওনা ফুক হৌগত্তুনা ) সনা য়াথং ! সনা মাং ! করি কৎচবা ?

( ময়ামস্থু হৌগৎলি )

নিংথৌ—ইপু থ্বাই কেক্রুনা হাঙ্গবদো কমদৌরে হাঙ্গবা ?

সেলুংবা—মৈতিঙু লিক্লাই ইবুংঙো নিংথৌরেন ! ননাই ইপু থ্বাই কেক্রুনা হন্দৎপা বাকতু সনা য়াথং ভাকপিবা, কিপাও শানা য়াজা ননাইনা সনা কোম্বুং সেনবা ননাইশিং লোইশং মচা থোংমী মরামগা চৎতুনা কৈদা হিদংগী মমুমবু কোঙ্গশিল্লগা চংতুনা য়েংজবদা—নিপা মশক ওম্হোকপা অহুনা "ঙরাৎ থৌনিজা" মনাও ইবেম্মনা লাঙ্গনিং পরে চেৎনা ইমুংদা লৈরক্লে ইনিংথৌ ! সনা য়াথং ভাকপিবা মতুং ইন্না ননাই মীশক অহুগা, মনাও ইবেম্মস্থু থুং ফুংগুন লাক্লা কাহুনা পুজরক্লে। সনা য়াথং ভাঙ্গজহুনা সনথোংদা লৈজরিবে লাঙ্গনিংথৌ।

নিংথৌ—নিপা মশক ওম্হোকপা হাঙ্গবহুদি কনানো ? ঐথোঙ্গী লৈবাকী মীরা ? কনানো মীশক থংলবরা ?

সেলুংবা—ননাই অসি মমাংদৈ লাক্লবা মীরৈবাক ময়াংচা, ননাই ইপু থ্বাই কেক্রুনা মাইথবা পিহুনা থুজোঙ্গনরগা মরৈবাক্তা থাবীথবা মামং বিষ্ণুগোবামি কোৌবা লমপোইবনি হাঙ্গবা ননাইহুনি লাইনিংথৌ !

নিংথৌ—অচা চা ! উশিং থৌওঙ্গদা—মাগুথা মীরৈবাক ময়াংচানা নিংথৌ ঐবু শিংনহুনা মালোম লৈনা হৌজক কাওবা মৈরবাক মাংনবা তৌরি ? মদোমগী মতিক নত্তে থুরকী ঙনা লাই শাবা ইরৈবাকী মীশকস্থু য়াওরম্বনি। কৈ—হুরানবগী ভরানি মপুগী নোংমা—হেক

তাবা থংবা ছুমিত্তা, লৈবাক মাংনবা তোরবা মীশক্মশিং শাইগেপা লোঙ্গনবা তুমা হাৎকনিদো। কানদে সেলুংবা! হৌখিবা হৌখ্রে, মথোংনা থোংনা মং থিজবা, মরানগী মতিক চাবা—মঙ্গাংমচাঙো শংজিংবদা শিররো—নোংপোক হারম পাংনা পুক্তনা লোকচাংদা হাৎলগা মশা অদো শা উচেক্তা পিদৌ। মাগী হাৎকম অদো ছুমিৎ থানা লৈরিবা মথৈ-মীতৈ নিংথৌনা গোবাইবু হাৎপা মকমনি হাঙ্গনা মুক্ত-নবা—"গোবাই লোক" হাঙ্গনা মিংথোল্লু। চৎলো সেলুংবা লম্বী লমশাং থুংনা মনম্ তৎনবা ফু চিংহুনা পুখ্রো।

সেলুংবা—লাহৱেন মৈতিঙ্কু ইনিংথৌ লিক্লাই তাইবং সরারেন! ছুমিৎ থাইরংচান, কুথাও! তুখি সনা নথোংথাদা মালেম লৈপক্লা য়োইবু মনাও ইবেন্দনা হিক্লা তেংথাজরকইয়ে—

নিংথৌ—ছুমিন লৈরো মথা তাদু সেলুংবা! মনাও ইবেম্মা—হাঁ—হঁা—হাঁ মাগা ঐগা করি থোক্লছনা? ছুপী থঙ্গৈরবগী তাকপীরবনি নক্তবদি মাগী মতিক চাবা চৈরাকস্থ হাৎপা নত্তনা করিনো? চৎলো সেলুংবা! নথৌ পাংথোকউরো। (সেলুংবা খুরম্নগা তপ্না থোকখ্রে)

খুল্লাকপা!

খুল্লাকপা—নিংথৌ! সনা য়াথং তাকপিরো?

নিংথৌ—খুল্লাকপা নংবু খুল্লাকপী লৈজ্রে হাঙ্গবদাই?

খুল্লাকপা—নিংথৌ! ওঙ্গবা মীনথা নত্তে ননাই হাওজুবী শিখ্রবনে লৈত্রবা, খুবাক নামা তারবা খুবদা হৌত্রবা ননাইনে।

নিংথৌ—অঙ্গুদি নং ছুপী য়াওদনা য়ুথানবদি বারম্মগান ছুংভাঙ্গরোই অচুনা নিংথেমজুবী চাঙ্গবী অসে নংগা পামজক্লরো। তাসিদগী নংগী নমিংসু "য়াইথোং লৈমনাই খুল্লাকপা" হাঙ্গনা কৌরো। ঐনা নত্তোক্লা ছুংখিন চাঙ্গবী লৌকোন, পোরোম পুংগী নোংপোক পাংবা লৌকোক্লা

লৈবা লৌ পরি ৫ গা লোইনদুনা পিরবনে। হে খুল্লাকপা! "লানা য়োখা কীনা খুবক্তম থুমজরও।" চৎলো অখোংদা লৈ হাঙবা চাঙবী অহু পুদুনা খুল্লাকপা নখুন্দা হঞ্জরো।

খুল্লাকপা—নিংথৌ নংগী সনা নমাথং অসিবু করবনো?

নিংথৌ—নিংথৌ ঐনা পুক্লিং শেংনা হাঙবনে। খুল্লাকপা নংস্থু নপুক্লিং শেংনা লৈমিন্নরুও। পুক্লিং তিন্ননা থৌজান মায়রবাদ চিং ভম্ পুন্না য়াইকনিংঙাঙনে। চৎলো খুল্লাকপা হনখো। বা মথা তাকত্রে।

খুল্লাকপা—করে নিংথৌ! সনা য়াথং ইবেম্মবু হাওবা ইয়ুমদা থম্বদি হায়া ইবেম্মা মঙোন্দা থৌগনজবা অহুনে হাঙনা মনিংও। হন্নে নিংথৌ!

(খুরম্নগা চৎখ্রে)

নিংথৌ—হঞ্জরো হঞ্জরো খুল্লাকপা! নখোঙ্গি অনি চৎলু অখোংগী থোং পুথ পিংজল্লু হাঙক। (নিংথৌ সেনবা অনি খুরম্নগা থোকখ্রে) ইপু! ইপু মাইচৌ খ্বাই কেক্রুনা তাকপিবা চুমলে হুংঙাঙরে নিংথৌ ঐনা নিংবা খুংলে অহুবু ইপু! সনাগী পুয়াদা বাচুমতবনা য়ুত্রবা লাইয়েকনা ইহুনা লৈহৌগদবা অসিবু ইপু?

থোংনাং—পুয়াদা চন্নবদি তাঙবং মাতকনে নিংথেম্!

অহুবু "পাওনম হিদেন মপান্দা
কৈদা হিদং মস্থমাংদা
তরেৎকী সেনফাং থৈনা
বাংলেন পুংজাও থিনবদি"—

করিগীনো হাঙনা শৈশকপদা—
"তরেৎ সেনফাং থৈনা
বাংলেন পুংকাং ফুবদা
তুথী মরু থাবদি হৌদরে
সেনথী মুকাকলৈ মরু হনবদি হৌরে।"

হাঙ্গৈনা অমুক শৈশুবদি—
ভাঙৈবং কনানা মুথংপা মতিক
ওঙৈরোঙৈয়ে নিংথেম! ভাঙৈবং
নমু পোং ওঙৈবা ঐথোঙৈদি—
নিংজবনা অযা, চিঙু নোংজবনা ভমনা অমনে নিংথেম!
মপুগী মিংলেন শোনজা য়াইকা ভাম্না পোথানরসে!!

## Light off

মী কুবগী চৈথোন মরক্তা—
নিংথৌ সেনবা—হায়েং লাবা কোঙৈচোবা
মীগী হিলোন চংগনবা
নকোই পংতং কোঙৈদোকে।
মমাম—হাঁ—হাঁ—হং।



৩ষ্বা উৎপা

“লমহাং”

# লমথাঙ্গৈ।

কি অঙাংবা শেৎপা শিংজং মপাক পাঙৈবা শংলিংবা শিংনা বিষ্ণু গোষামিবু থৌরিনা পুন্দুনা লিঙোন লাক্লা চিং, ঙৈথেং তানা ফুহ্না ইন্দুনা পুরকপদা চৎপা ঙমদা ঞৈ ওহনা লৈমাই থক্তা হাঙৈথনা ভুহুনা লৈবদা—

শংলিংবা ১বা—ইমা য়া হঁা—হঁা—হয় য়োংতাং তৌবা তাং তৌজহ ননমদা ভংতুনা তোকচনি। হোগৎলু—

২বা—ঐথোঙ্গনা য়োদৌবসে মায়া কুইরবনিনহে ( ৱাংলিবনিনহে ) নংনা সিদা শিজন্নবগা হিজদবা নত্তে। ঐথোঙ্গদা ওৎচয় মীনা ৱানা শিরগা হেয়া হুংঙাঙ্গবী হাংনিংবনা থুংসি মরেং মরেং চৎপীনি কনাগী নিংথৌগী মাথংকা সিমাঙ্গদা থোক্ হেক লোঙৈশনবা ওয়নি। হৌগৎলু নশানা থংনা ঐথোঙ্গগী মাংথা; পরপ পরপ চৎচহো। ( চিংই ) থাংইনহে? নং য়েংউ নং! নকোঙ্গৈহ থুবাম অমা পাঙৈহুনা চিংলবদি নকোঙৈ পং ভৎনিদো। ( চিংই ) শাকওনহে নংবো!

১বা—ইবাইতোন! মসি যণ ময়ো তৌবনা কুনবত্তম ইশেন ইবাঙ্গদা মায়া ওৎতৌরি ৱাচেং থাঙৈবগুম থোক হেক্তা থাঙৈদোক্লগে?

২বা—ঙাঙ্গৈদো ইশেন! মাগী সিবু ঐথোঙ্গনা হুংশিনি হাঙ্গৈদনা তৌরিবাজে? ঐদি কনবু নোকানিংইরে। মী শিরগা হুংঙাঙৈহুনা নোক্লবা মীয়োম্না মায়া হেয়া থাক ৱাংনা লৈরবা ঐথোঙ্গনি হাঙৈবা থংজদহুনা তৌরিবনি শাওথিহু। নং অমুক চিংওলাও ঐ অমুক ফুবরগা ইরকে।

[ ১বনা বিষ্ণুপ্রী মথাংগী মকোক্ত পাঙৈদুনা চিংদে ২বনা
ফুদুনা ইন্দুনা য়ায়া য়ানা নোংপোক পাংনা চৎখ্রে ]
[ সেলুংবনা মাং থা উদ্ধবনা থাও অমা পি হাওবনা
তুং ইন্না চংলকই ]

উদ্ধব—অঙথদি নিংথৌ ওবা অঙথনি অঙথনা অমুক হন্না পোকপিয়ু। থাও অসি পাঙৈশিনবীখ্রে। মতিকতি চাবা নত্তে মতুংদন্না ঐখোইনা ভমজগদবা তাকপিয়ু চাপচথিগনি। ঐখোইবু থাজবিয়ু লৈপাক অসিদা অঙথখোইগী সেগাদা তাংদুনা লৈজরিবা ঐখোইনিদো।

সেলুংবা—থংলে থংলে লৈহোরো ঐ ওবা মথে হোৎনবীগে শংলিংবাশিংনবু য়ারবদি—ঐখোই মায়রগা "হাৎলমলে" হাঙৈদুনা নিংথৌদা পাওদম-লরগা লোঙ্গরে। মী উবা য়াওরগা কত্রে নখোই হলহোরো, নিংথৌ মনা কল্লাং পেৎলি—থংউ চেকশল্লু চৎলো।

উদ্ধব—ঐখোইনা থিক্কবন্নু মতাং চান্নবনিনা তাক লনশিং অসিদি পাঙৈ-শনবিখ্রো ননাইশিং শংলিংবাশিংদা ভরেং সেনকম অসি হান্না লোইনা পিখোককে হাইবন্ন পিখোকপিখ্রে। অঙথগীদি মশিং নাইদ্রে, ইবেমা মহারাণীগা তান্নবীরগা তাকপিবা অদু গুরুদেবনে ঐখোই লাকচরিবা অনিনে ঐখোই অহুম চংদুনা লৈজবা পুম্বা কৎচগনি থাজবীয়ু শ্রীগুরু-দেবগী চরন্না শাক্কিনি অঙবা।

সেলুংবা—খদাই কদাই নখোইনা য়ান্দ্রবনিনা—( থাও লৌই ) নিংথৌ মনাই শংলিংবাশিংনা য়াদুনবু লৌথব'দ নখোইগী গুরু ছিংলে থংউ হল্লো চৎলো। ( চৎখ্রে )

উদ্ধব—লাকও ঠাকুতোন! হন্নসি লাইনা তব হাঙৈদুনি।

( চৎলি )

হাওবা—ভাইখে ঐকা ঠাকুয়াইদা! ঐ বা অমা হাইকে।

উদ্ধব—করিনো অভো ?

হাওবা—সোঙ্গৈতদগী অমা তৌদুনা কুমুদেপসি কনসি ?

উদ্ধব—কমদৌবা ?

হাওবা—ভমভম্ন মথোঙ্গনা লাকচপনি চিংপু য়োলপদি চিংমী ঐনা কন্না কিনি। মথোঙ্গনা লোকম্নুং হেক য়োপল্লা ঐনা চিংডা কানা হুংহুম্ভনা থাদুনা লোঙ্গনা চাৎকে। লাও ঐকাম্নু য়াও। চৎসি লাও—

উদ্ধব—হুংভাঙ্গদা থকংবা। মহু য়াল্রে—হাওশিংঙ্গেন নাইরিংঙ্গেন থাদোকও নং ব্রাহ্মণনি। বুদ্ধিনা ইরৌশিংডনা পাদল ওঙ্গনগদবনি। অদুগা—হাই—হাঙ্গবীগে, মীতৈদি শিংনজরুদ্ধু—ভাৎনি থংদে পাৎনি থংদে হাঙ্গদৌ। হাঙ্গজরবদি ময়াদা চাগদবা লাঙ্গনা পিজবা তথা মীতৈনি। ক্ষা মতম অমনা মীগীদমক মথবাই থাবা তম্মিবনি থংউ। নংদি মীনা—"চৌংমীনা ওল্লকপনি"—হাঙ্গরবদ্ধু—"অকবা অাৎনি" হাঙ্গদৌরিবা—লাও। ( চিংহুনা চৎল্রে )

[ মাইকৈ অমারোমদগী হুংখিল চাঙ্গবী হিক্লা হিক্লা কপ্তুনা তপনা চংলকই ]

খুল্লাকপা—( চাঙ্গবীগী ভুং ইয়া ) কপ্পগদুনে ইবেম্মা ! অপাম্বদা ম্না য়াথং ভাকপিয়ু হুংভাঙ্গরে মথৈ ননাইশিং হাওবগী দোলাই লেংদম থক্তা লেংসিনা ইবেম্মা ?

চাঙ্গবী—[ কমথদুনা মচুবা মেৎনা বাথক্লরগা ] খুল্লাকপা !

খুল্লাকপা—ইবেম্মা !

চাঙ্গবী—ঐবু নথুম্দা থম্মু হাঙ্গবা ইনিংবৌ ম্না য়াথংদি—লোইদাম থাবুম কয়া চহি হুমলাং কয়ানি চুপ্নো ?

খুল্লাকপা—কোয়ৌ নোংশিং কক্তে ইবেম্মা ! অদুগা নিংথৌনা হাঙ্গবদা—

"জানা য়োবা কিনা থুমশুম থমজরুও"—অসিদি হাঙ্গবীনে বা অসিদি করিনো থংদে, ঐনচু হংলক্কে ইবেম্মা!

চাঙ্গবী—ঐবু হাঙ্গবনে। .

খুজাকপা—ইবেম্মবু হাঙ্গবনি হাঙ্গবদি করিগীনো?

চাঙ্গবী—ঐদি ইনিংথৌগী ম্না ঈবু হৈরাংশুম মচামান্ ভাওজিংশুম মরুপন্ লৈচারোন হুংদা থোইজি মিশুশিয়ে অছুনা খুজাকপা! হুজা (কপ্পা) পাঙল শোনবীনা পুঙমক্রবা "ওক্তবী" মিংথোজত্তুনা মীগী শাইজিন শায়াদা হুদানাই ওঙ্গরবীনি, য়ুমদাংবীনি—নত্রবদি ইপুয়োঙ্গবনা ইথোক্রবী কানত্রবী ঐগী হকচাং লাঙ্গনা মাংহনবা তবো মীতৈ চহু ঐনি অছু ঙাংজবদা শা, ভাবীনবা লৈতা থংবীনবা য়াওদা অয়েথদা মালংবনা হুমজুনা মাংলেদো।

খুজাকপা—বাবীগমু ইবেম্মা! করিগী য়ুমদাংবী ওঙ্গনি ইবেমদি লৈবাকী মমানি লৈনিংবা মকমদা নয়ুম ওঙ্গবী চিং তমগী মবেম্মা কংলৈ মীতৈ লৈমা নিংথমজুবী য়াইকবীনিনা—

চাঙ্গবী—হঁা—নিংথেমজুবী হঁা—হঁা মীতৈ লৈমা—ঐবো—হঁা—হঁা—হঁা—সুমদোনা হিংদোবা শরুকপুদি—পিতং পাভংপা লমজা শয়া চন্না নোংথমনদবা মথংলেল মপুয়োঙ্গবগী থোগল কায়দবীনা থোঙ্গনা হেয়া য়াইকবীনি। অছুবু—মতিক চাবী মমা অমদি ওঙ্গথিগনি ঐ—পোয়ীবা ম্না থবাল অসিনা চিংগুনা কুবিছুনা, পারি ওঙ্গনা তাঙ্গবং কাওনা, মগী থবাল অসি শাংলবদি হে বাইথোং খুজাকপা নংনা মপাল ময়া হুক্তুনা মকম হোংদোকও থবাল অছুবু নথোঙ্গ চিংগী খুল ময়ায়া শংজুনা তাক লোয়বা থৌয়াংও, হোইয়াগে হাঙ্গনা শক্তি নামুংও নংগী নথুন্দা তাদে নত্রবদি নংগী নয়ুমদা চৎপগী কায়দক্কে খুজাকপা!

খুল্লাকপা—যরোল অরুবা পুবা থংলে ইবেম্মা! নিংথৌ য়াথং ইয়া লৈবা নয়াথং ভাকপদি হাওবা হৌনশাংিনা অচুংবী ওইরবদি থোংলৈ থয়া য়াংনা লেংসি ইবেম্মা! হুপিংনা মমুম চংথখনা হায়িরে।

চাঙৈবী—হানথিসহু, ভাথিসহু, চৎথিসহু, অমুক হয়া কংলয়োইদবা হৌথিগদবা মতম চাঙৈবীদা কায়রে, কয়কপীরে। থিংবা ওমদা লোইদনা লাক্লুনা নোংমা নোংমা হৌথ্রগা নোংমা লোইদনা লোয়গদবা তাইবং থোংচৎতুম চাঙৈবীনা থোইনা ভাইওমরে, চৎসি খুল্লাকপা! তাইবং কনা উরোইদবা মকথা লেম্মুনা চিংদু নোংময়থোন মতুং ইয়া মতমগী থোংলৈনা ঐবু খুমেং লাক্লা চিংদুনা [..]বিরসহু।

অনিমক ওপ্পা ওপ্পা
চিংদা কাথংখ্রে।

## —"থৈরবা"—

